য়াম্না নায়রবদি, মহাক অমুক লেংবা লাকপা ঙমদে, অমস্তুং মুনগী মী অতৈ পুন্নমক্কীদমক থবকথনা তৌবদি লাপ্না থম্লহনা, মহাক্কী মরম্নাইগী থজিক্তুং কেগদবা থবক অহু য়েনস্থ মী অতৈবু তৌই::।

অহুগা অঙাংগী মপানা নায়রবদা কয়াগী মতিক শুদোংথীবা থোক্পা। মী থাই পুন্নমক অসি শিন্নংহনা চাবা ঙাক্তনি। নায়রবদা নোম-হনবা চাহনা মথবাই হিংনরিবশিং অহুনা, মাইকৈ অহুরোমদা শেল তানবা ঙমদে, অমস্তুং মাইকৈ অমরোমদা হিদাক লাংথক্কীদমক মখোইনা শেল তিংবা তাই। মতৌ অসুম তৌরবদি, মখোই অহু লমল য়াম্না তোল্লগনি। অমস্তুং মরম অহুনা মখোইগী মতু মচানা-চিংবশিং অহু মতম কুইনা য়ানা মতম লেনবা তাই। অমস্তুং অঙাংগী মপা অহুনা শিথ্রবদি, মাগী মমা অহু লুথ্রাবী ওইতেই, অমস্তুং মহাকমকস্থ উপায় লৈত্রবা ওই। মাহ্র'দ কয়াদা য়াথ্রবা মতৌনো।

মরম অসিনা, হকচাং মস্থুং শেংনা থম্নবগীদমক তোংনবা অসি, থোইদোকমা কান্নবনি হাইবা থংলরিগনি। হকচাং মস্থুং শেংবা হাইবা অসি কবম্বা পোংলমনো হাইবা, হকচাং মস্থুং শেংলিবা অহুনা কাইরক্ত্রিবামথৈ ঐথোইনা মাহ চংথোম্না থংবা ঙমদে।

২। হকচাং মস্থুং শেংবা য়াংপগী মরম।—কনা কনাগুম্বনা নাবা হাইবা অসিদি, লাইবকনা অমস্তুং লাইগী নোংদমনা থোকই, মীনা মাহু থাম্বা ঙমদে হাইনা মপুক্তা নিংই। তৈইগুম্বস্থুং লাইবক হাইবা অমস্তুং লাইগী নোংদম হাইবা অসি করিস্থ লৈতে। করিগুম্বা লাইনা অমনা হেক নায়রক্লবদা, মতম অহুদা করিগুম্বা মরম অমদি মরৈরে।

৩। হকচাং মমুং শেংননবগী চিরম ইরিবা লাইরিক না ফাম্নবা।—হকচাং মমুং শেংননবগী তাকপিবা চিরম ফংনরিবা লাইরিক অকুবু, হকচাং মমুং শেংননবগী চিরম ইরিবা লাইরিক হাইনা কৌই। অনাবা হাইবা অসি নাবা য়াংননবগীদমক, পাঙ্গল য়াম্না শেংনা য়াই হাইবা, লৈপাক অতৈ অতৈ উৎকৃ্তনা থংলে।

লাইনা পুম্নমক্কী অকম হাইবা লাইনা অসিনা দেশ অসিদদি শিং য়াম্না নাই। মীওইদিংমক অসি মরক মরক্তা অকম হৌডুনা লৈ। হৌজিক ভারতবর্ষ অসিদা অকম যাম্না কৌনরিবা সিংগম, মতম অমদা বিলাত্তসু য়াম্না হৌ নরমই। হৌইগুম্বসু হৌজিক্কী মফম অদুদদি য়াম্না হনথে। ফনা কুইথে, বিলাত্তা কুষ্ঠ শংবা অমুপ লৈয়ম্না। লৈরমই, মথোইগীদমক অচৌ অচৌবা সহরদা ফনাশং থাম্নী। হৌজিক্তি কুষ্ঠ শংবগীদমক অনাশং অমতসু লেপে। লাইথোকপা হাইবা লাইনা অসি থোইদোকনা তুক্কচবা অমসুং য়াম্না শিগনবা লাইনানি। থাইনদি লাইনা অসিনা শুঙ্গং মুংনা মুংনা মাংতাকনবা হেক তৌরমই। শকক মরি থোক্লগা শকক অমা শকথি, অমসুং মিৎ পুমতাংতাংনৈ। চহি মবিক্ক মতম শুথে, ইংরাজী মাইবা অমনা শল অমোমগী মথোমগী অপোম্বগী নাই অচুনা লাইথোকপা হাইবা পাইনা অসি থকনৈ, অদু নত্রগা মাগী লাইনাগী যাম্না মৈথাক হন্থনৈ হাইবা শংথি। হৌজিক্তি বিলাত্তদি লাইথোকপনা নংবদি হান্নদগীদি যাম্না য়াংনা শিরে। অমসুং থাই পুম্নমক চোকশিন্নবদি, মী অমমকসু শিবু শিবোই।

বিলাত্তা হকচাং ফননবা হাইডুনা তৌনরিবা পাম্বৈ পুম্নমক অদু, মফম অসিদসু তৌরবদি, লৈপাক অসিগী মীগী হকচাং ফবসু বিলাত্তা লৈবা মীশিংগী হকচাং ফবা অদুগুম্না চপ মান্ননা ফবা য়াই। মৈনা

লাকথেকই তাইনা আস মী পুম্নমক হংগমগংই, তেইগুম্বসু মী হাইবা মাংস কাইবা শামি অমস্তু মাই তাইং অদু অম্মাহ্নি খংবা ঙমলে। করম তৌরে হাইরগা, হকচাং তাইবা অসি মনুং শেংনা অমস্তুং পাদল কন্না থম্বা মাই তাইবা অদু, লাইরিক মচা অসিদা খংহনগনি। লাইরিক মচা অসি চোকশিন্না তমউ. অমস্তুং মাংসদা তারুন্নিবা অদুগী মতুং-ইন্না. থবক তৌনবা লাকনে।

থম্নাই হিংননবা অমস্তুং হকচাং মনুং শেংননবগী মরুমদা অসি অসি চংই হাইবা পুম্নমক অদু, হৌজিক মচা থাইনা অমমমদা য়েংইনা খংহল্লকনি।

# নুংশিৎ অশেংবগী ৱারম।

১।—নুংশিৎ অমসুং মাতুদা লৈরি লৈরিবা, মাতুগী ৱাবম

৪। চানবা চিঙ্গাক অমস্তুং ইশিং ফংদ্রবসু ঐখোই নুমিৎ ফনা কুইনা হিংতুনা লৈবা ঙমই, তেইগুম্বসু নুংশিৎ ফংদ্রবদি. ঐখোই মিকুপ অনি মরিগী মনুংদা হেক মশি। পৃথিবীদা লাক্ত্রনা ঐখোইনা ইহানহানবদা নুংশাশোর হোজিন্দুনা নুশিৎ চিংশিন্নি, অমসুং অদুগী মতুংদা নুংশাশোর হোনোক্তুনা নুংশিৎ থাদোকই। পোকপদগী শিবা তানবা ফাওবা হেংগত্তুনা লৈরিভেদসু তুমহুনা লৈরিভেদসু ঐখোইনা অতৎপা লৈভনা, নুংশাশোর হোন্দোক হোঙ্জিন তৌদুনা লৈরি। মরম অসিনা হিংতুনা লৈনবগী মরমদা, নুংশিৎ হাইবা অসিনা থৃাইদগী খোইদোক হেন্দোক্না কায়ে।

নুংশিৎ হাইবা অসি উক্না ফংদে, অমসুং মানা লেংদানা লৈর-বদা লৈ হাইবা খংবা ঙমদে। নুংশিৎ হাইবা অসিদি শিৎলক্ক-বদা, ঐখোইনা মানা তৌবা থবক অদু উবা ফংই, অমসুং মানা

লৈ হাইবা থংবা ওয়ই। মাদি করি করিগুম্বা মতম্দা অমুপ্কী মতিক কয়া শিংলি, ঙ অচৌ অচৌবা য়োনা কুকতোকই।

সমক্রুগী লৈথা অসি ইশিংনা কুপতুনা লৈবগুম্বা, সংসার পুম্নমক অসিমু চাওরবা মুংশিংকী সমক্রু অমনা কুপ্তুনা লৈরিবনি। ইসানা ইশিংদা লৈবগুম্বা, ঐখোইমু অতুম য়োইবা মুংশিংকী সমক্রু অতুগী লৈথা অদুদা চত্তুনা ওত্তুনা কোই। অতুম য়োইবা মুংশিংকী সমক্রু অতুদি, ক্রোশ মাংথৈ মরূম লৈ; তৈ ইশুম্বসু মাতুগী মথক্তা অতুপকী-মথৈ কাথংলগা, অতুপকী মতিক মুংশিং অতু পানা উই।

ঐখোইনা কাফি থকপা মতম অদুদা, পোংলম মরিরোম য়ান্ন-তুনা থকই; মাদুদি ;—ইশিংনে, চানে, চিনিনে অমমুং শঙ্গোমনে।

থাইনা মমাংঙৈদদি, মুংশিং হাইবা অসিদা শুম্বা পোংলম অমতা লৈ হাইনা মী পুম্নমকনা থংই *। তোইশুম্বমুং পণ্ডিত-শিংনা হৌজিক্তি মাসিদা মরূ ওইবা পোং মরি লৈ, অমসুং পোং মরি অতু, লৌশিং য়াম্না তৈতুনা অমসুং অঙকপগী মশক ওইনা তিনশিনতুনা লৈ হাইবা অসি থংবা ওয়ে।

৫। পোং হাইবা অসি মথল অহুম শুই, মুং অমসুং উগুম্বা পোংপু অকনবা পোং হাইনা কৌই, ইশিং অমসুং শঙ্গোমগুম্বা পোংপু মহি লাংবা পোং হাইনা কৌই, অমসুং মুংশিংকুম্বা পোংপু মনিন, অমসুং মুংশিংকুম্বা পোং হাইনা কৌই।

মুংশিত্তা লৈরি লৈরিবা মনিন অদু তোংগান্না থাইদোকপা বাই, অমমুং ওনবা ( অরূমগী চাংথংবা ) য়াই। মাতুগী মরক্তা অমবুদি

* থাইনা মমাংঙৈদদি, মী হাইবা অসিনা লৈপাক অমমুং ইশিংবু মরূ ওইবা পোং হাইনা নিংই, তোইশুম্বমুং হৌজিক্তি লৈপাক অমমুং ইশিং হাইবা, অনিমক অসিদি য়ান্নবা পোংনি হাইবা থংনরে।

ওক্সিজেন গ্যাস হাইনা কৌই। মুংশিত্তা অমুম ওইবা যাওনা লৈবিবা অসিগী মথক্তা থরাই হাইবা অসি হিংননবগী মরু ওইনরি। ওক্সিজেন গ্যাস হাইবা মনিন অসি ফংদ্রবদি, থাওয়াইম মরি থোকনা চাক্লে। তেইগুম্বসু মুংশিত্তা থাঙ্গ শেংবা ওক্সিজেনমক্তা লৈববদি, মীওইবগী মফমদা মাসি যাম্না থাংবা উমদবা অমসুং য়াঙ্কদবনি; মীনা মাসিদা মতম কুইনা হিংডুনা লৈবা ঙম্লোই। মরম অদুনা নাইট্রোজেন গ্যাস হাইনা কোবা মনিন মরম অমগা ওক্সিজেন গ্যাস হাইবা মনিন অসিগা য়াম্নডুনা লৈ। নাইট্রোজেন হাইবা মনিন অসি, ওক্সিজেন হাইবা মনিন, অসিদগী যাম্না অনোম্বা পোংলম অমনি। মানা থরাই হিংনবা উমদে, অমসুং মাসিনা মীবি থোকনা চাক্লিবা থাওয়াইম অড থম্বগা হেক মুংলি। মুংশাশোব হোন্দোক হোঞ্জিনবদা ঐবোইগী খুদোং চাননবগা দমক, অমসুং পোংনচিংবা চাকথেকনবগীদমক, অদুম হোইবা মনিন অসি চাং অস্পকা মথে য়ানবা ওক্ট হাইবা অদম্বা মনিন, মথোই যাওনা লৈ। নংগী নখুং অমদা খুবা অমগা অমসুং খুনাও মবিগা লৈ। অড পাইরডুনা, নংনা মুংশিং হাইবা অসি শরুক অমরোমনা ওক্সিজেন * অডুগা শরুক মবিবোমনা নাইট্রোজেন লৈ হাইবা য়া অসি, হৈলাই লাইনা নপুকনিংদা থম্বা উমগনি।

মুংশিং পুম্নমক অসিনক অমুম ওইবা মনিন অনি অসিনা য়াম্নবা ঙাক্তনি। তেইগুম্বসু মাসিদা বাহডুনা লৈবা শরুক অনি

* ওক্সিজেন গ্যাস হাইবা অসি খাইদগী থোইদোক হেনোকনা শিন্ডুংনা লৈবা পোংনি। ইশিং সেব মরি মথাইদা ওক্সিজেন সেরু মরি লৈ, অমসুং পৃথিবী পুম্নমকী মকমদা ওক্সিজেন গ্যাসনা শরুক তংখাই অমা হেন্না লে।

অমগা লৈরি। অনি অদুদি য়াম্না য়াংনা লৈ, তৌইগুম্বসু অনি মক অতুদি য়াম্না কাম্নে।

৬। মৈতাল হাইবা অত করিবু কেবগে হাইবা মাতু থংলিগনি। শিং থাত্তনা চাকথেকহন্নে হাইরগা, মাতুদা করিগুম্বা অমনা নম্নগা অতুদা ফংবা পোং অমুবা অদুবু মৈতাল হাইনা কৌই। চেং অমসুং শা থাত্তনা চাকথেকহনে হাইবগা, মৈতাল অমং অনা লেই। অকবা মৈতালবু কারবোন+ হাইনা কৌই। ওক্সিজেননে অমসুং কারবোনগা অনি অসি তিনশিন্নে হাইরগা, কারবোনিক এসিড গ্যাস হাইবা মনিন অসি থোকই। মাসিমক নুংশিংবা অহমশুবা থাংডনা লৈবা ঙমোংনি। মাসি থবা লমই, অনতা মনম অতুনা মাসি কবি কবিগুম্বদস, হাশিং লৈতবা নুংবা শুহা। মানংদা ফমই। মাতুনা মতুংদা থাওম থান্দুনা থাদশবদি হক মুংলি, অমসুং মনা মাসি মুংশাশোব হোক্সন্দুনা চিংশিনবদ খুনা শি। তেতগুবসু মাসিদি ডাশংগাদ মন ওইবা চিঞ্জাক মাসি নত্তনা উনাচংবা পুম্নমক চাওথংবা ঙমদে। উনাংবা পুম্নমক নুমিং চুঙ্গা অসুম ওইবা মনিন অসি লেই। নংশিং অশেংবদা শকক লিশিং অনি চামথা থোক্লে হাইবগা, কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন অসি শকক অমতা মথং। মাতুদি ককন্না। হাইববদা—লুপা তবা হুমদোইদা পাই অমগী পানমতনি। অসুপ য়াংপা মবম্না ঐখোয়গী কবিগুম্বা ফংবা তোক্লিবনি। মাগী পান্দম্না য়াম্না য়াম্নবদি ঐখোই নাই।

+ হীরা হাইবা অসি কারবোনগী মশক্তি অমসুং মাসি লাখুবা মৈদা চাকথেকহনবা য়াই।

নুংশিত্তা পোং অমগা লৈবি, মাতদি ইশিংদগী থোকপা লৈচিননি। মাতু নুংশিত্তা লৈবা মরিশুবা পোংনি, অমসুং যাম্না য়াংনা লৈ।

পুংম অমদা ইশিং থবদং থম্লবদি, মাত্ত অসুম থরা থরা কংশিনথি। মুমিংকী মৈশানা ইশিং হাইবা অসি অতৎপা লৈত্তনা লৈচিনগী মশক ওইনা পাইরি। লৈচিন অদুনা নোং ওই, অমসুং মাদুনা অমুক লিরা অমসুং নোংগী মশক ওইনা লৈপাত্তা তাই। মুংশিত্তা ইশিংগী লৈচিল লৈত্রবদি, ঐথোইগী হকচাং অসি কংশিনগনি, অমসুং উ পুম্নমকসু শিগনি।

মরম অসিনা ওক্সিজেন, নাইট্রোজেন, কারবোনিক এসিড গ্যাস হাইবা অমসুং ইশিংগী লৈচিন হাইবা অসুম ওইবা মরি * অসি মুংশিং হাইবা অসিদা লৈ। অসুম ওইবা পুম্নমক অসি চাং চপ-চপ চানা লৈরবদদা, নুংশিং হাইবা অসি শেংই, হকচাং মসুং শেংনবা অমসুং হকচাং কন্নবা ওই।

## ২।—মুংশিং হাইবা অসি করম তৌরগা ফত্তবা (শেংদবা) অদুগী বারম।

৭। থবাই হিংনববা হাইডনা মুংশিত্তা লৈদুনসু করিসু চৎনদে। মুংশিং হাইবা অসি শেংদবা য়াদে। পৃথিবীদা হু মথল য়াম্না লৈ। মাদুগী মরক্তা ফত্তবা মুংশিং হাইবা অসি হু মরম অমনি, অমসুং ফত্তবা মুংশিংনা থাইদগী হেন্না মী য়াম্না শিনৈ। মুমিং ফনা কুইংথে, কলিকাতাদা ব্ল্যাক হোল হাইনা কে বা কৈশুমশং মচা অমদা, মী ১৪৬ চামগা নিকুত্তককপু, অহিং অমা কাদুনা থম্লমই। য়ুম অদুদা শুপ্না

* অতৈ পোং কয়া কয়া মরমসু লৈরি, মথোই অদুদি য়াম্না য়ামদে।

মিহৎথাং মচা অনিতা ফাংগনই। মতুং মোংবা অহুগী অমুক্তা য়েংলুবদদি, ওয়া মী কুনগা অমদোইদং হিংহনা লৈরমই, অতৈ মী পুরমক্তি শিরগে। শিখিবা মংথাই অহুদি কপ্তবা মুংশিংমক্তদা লৈবা মরম্না শিখিবনি। লাইবকথীবা মাশিং অহুগুমদি অহুক্তি মামদনা, অহিং অমদা মী মশিনৈ। তৌইগুম্বসু মুংশিং অশেংবা বাৎপা মরমা মী মায়া মকম কুইনা শোন্দুনা, অমসুং অনাবা হকচাং ওইনা মথরাই হিংহনা লৈ। মুংশিং শেংনদবগী (ফংনদবগী) মরম পুম্নমক্কী মহুংদগী মরম কয়া মকম হাইরক্কি।

(১) মুংশাশোর হোন্দোক হোঙ্গিনবা।—ঐখোইনা অতৎপা লৈতনা মুংশাশোর হোঙ্গিল্লি, অমসুং হোন্দোকই। তৌইগুম্বসু ঐখোইনা হোঙ্গিল্লিবা, অমসুং হোন্দোকইবা মুংশিং অহু, থোইদোকপা অতোপ্পা মুংশিং মরম অমনি। শেংনা ষুনা লৈনিংবা মীশিং অহুদি মুমিং খুদিংগী ইরুজথোকই, অমসুং মখুৎ মমাই তাথোকই। তৌইগুম্বসু মুংশাশোর হোঙ্গিন্দুনা ঐখোইনা চিংশিল্লিবা মুংশিং অহুনা ঐখোইগী হকচাং মমুংদা ফত্তবাপোং লৈরিবা অহু, অতৎপা লৈতনা মতৌ অহুগুম্না শেংদোকই, অমসুং হকচাং মনুংদা ফত্তবা পোং লৈরিবা পুম্নমক অহু মপান্দা পুথোক্লকই। মতৌ করম তৌরগা, অসুম তৌই হাইবা, মাহুগী মরম অহু তাক্লকই। মুংশাশোর হোঙ্গিল্লগা নুংশিং অহু থম্বোম্বিগী মনুংদা চংই। থম্বোম্বি হাইবা অসি পুক্কী মনুংদা লৈ, অমসুং য়েংবদা সমুদ্র ফেনা (স্পঞ্জ) মচেৎ অচৌবা অমগুমই। নুংশা-শোর হোঙ্গিল্লবা উতোংগী মশা লথা লথা পিক্লপিক্লবা উতোং লৈ। মাহুদা নুংশিং লৈ। উতোং পুন্নমক অহুগী মনাক মনাক্তা মশিং নাইদনা পিক্লা পিক্লবা জৈগী থাও লৈ। অমসুং উতোং পুম্নমক অহুগা, অমসুং জৈ থাও অতগা, আনমক্কী ময়াইদা লৈরিবা উনশা অহুদি

অসুপকী মতিক পাই, ঈ থাও অদুগী ঈনা অদুম ওইব। উতোং অদুগী মুংশিংপু মখল অমা ওইনা শোকই হাইরবসু য়াই। হকচাংদগী ঈদা চংখিব্রা ফত্তবা পোং পুম্নমক অদু, অদুম ওইবা পাত্রিং পাবা উনশা অদুগী মনুংদা চংখিহুনা মপান্দা থোকখি, অমসুং পাত্রিং পাবা উনশা অদুগী মনংদা চংলক্লুনা, অসম ওইবা উতোং পুম্নমক অদুদগী অনৌবা ওক্সি-জেন মনিন অদু চংখিহুনা, ঈখাওদা লরিবা ঈ অদুদা চংই। মতৌ অসুম তেনা হকচাংগী অমুবা অমসুং শেংদবা ঈ অদু ভাংই অমসুং শেংহ।

৮। মুংশাশোর হোন্দোকহনা মপান থোকখিবা নুংশিং অদুগা মপাদা ইরিবা পোং অহুম অসিগা থোক্লকই :-

(ক) কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন,—মুংশিং অশেংবদা মনিন অসিগী শরুক খজিক্তং মরৈ। তৌইগুম্বসু ঐখোইনা মুংশা-শোর হোন্দোকপদা মপান থোকখিবা নুংশিং অদুদা, কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন অসিগী শরুক চামা মকুম লৈ। ঐখোইনা মাত্র উথদি ফংদে হাইববু, তৌইগুম্বসু মৈরগী মখু থোকপা অদুগুম্না মাডসু ঐখোইগী নাতোন্দগী থোকই। য়ুম অমগী মিহুথোং, থোং থিংজিল্লহুনা মাডুগী মনুংদা মৈ থারবদি, য়ুম অদু থুনা মংনা পিকথক্লকই। মতৌ অদুগুম্না য়ুম অমগী মিহুথোং, থোংনচিংবা পুম্নমক থিংজিল্লহুনা ঐখোইনা তুম্নবদি, য়ুম অদুগী নুংশিং অদু কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন অদুনা পিক হেক থম্নি। অদুদা ঐখোইনা য়ুম অদুগী মনুংদা মুশিং অশেংবা চংহল্লবদি, ঐখোই পুম্নমক শি। তৌইগুম্বসু অওইবমক্তি মিহুথোং, থোংগী অহোবদা য়ুমগী মনুংদা লৈরিবা ফত্তবা নুংশিং অদু মপান থোকখি, অমসুং মপানগী অশেংবা নুংশিং অদু

হূমগী মন্যুদা চংশবনি। অমসুং মগুম অতুনা খংহেদন হেক শিব-মক্তি থোক্তে।

(খ) ইশিংগী লচিন।—শেট অমগী মথক্তা ন্যুংশাশোরন কাপ্প-বদি, হা লাওনা কাপ্পবদি শেট অতু হেক চোংশি। মাদুদা ন্যুংশা শোরদা ইশিং লন হাইবা খুদম অসি খংলৈ।

(গ) অমেবা পা ফওহেদিবা পোং।—ন্যুংশাশোরদা ইশিং লৈবা অড অফবা অশেংবা নত্তে। হকচাং মন্যুংগী পোং ফজনা হেনক ইবা, অমসুং হকচাং মন্যুংদা লৈরগা লাবা অগুম শুহবা পোং পুমক অতু ইশিং অতুদা লৈ। কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন অতুন, হকচাংগী ফত্তবা তোঁবগুম্না, মাসিস হকচাংগী মথেনবা লেহ।

শম, হমেং, হই অমসুং শা অ ত ম তম্ম ঐ ক্টিনা শুহবগুম্না ন্যুংশাশোর হোক্লোবই, অমসুং ঐখোইনা ন্যুংশিং ফংহন্নবা মতো অতুগুম্না, মখোইসু ন্যুংশিং ফংহনে।

৯। (২) মৈ হৌবগী চাকপগী থবক।—ওক্সিজেন হাইবা মনিন অসি নত্তনা মৈ চাক্তে হাইবা অসি নখোইসু মতারে। কবিগুম্বা ন্যুংশিং চংবা ভুমদবা অফুনবা পাত্র অমগী মনুংদা থাওমৈ থম্নবদি, থাওমৈ অতু থুনা হেক মুংলি। মাতুগী মরমদি অসিনি:—পাত্র অতুগী ন্যুংশিত্তা লৈরিবা ওক্সিজেন হাইবা মনিন অতুনে, থাওমৈদগী থোরকইবা কারবোন পুম্নমক অতুনে, অনি অসি তিন-শিন্নখিদুনা, কারবোনিক এসিড হাইবা মনিন অসি পোকই। অমসুং পাত্র অতুদা লৈরিবা ন্যুংশিত্তা ওক্সিজেন হাইবা মনিন অসি অমুক লৈরক্ত্রবা অতুদা থাওমৈ অতু লেপ্পমক মুংলি। মৈনে অমসুং থাওমৈনে অনিমকনা মতো অমুম তৌনা ন্যুংশিং ফংহন্দে।

(৩) পুমথিবা অমসুং মাংথিবা।—কম্রিগুবা উ ওইরবসু অমসুং জীব অমা শিরবদা, মাদু পুমথক হেক পুমথ্রকই। মতম অমা মায়া কর্মথিজবা মনিন থোরকই, অমসুং মাদুগী মখিক অদু মুংশিংদা চয়ত্রবা পাইথোকই। ঐথোইগী উবগী পাময় অসিনা মরম খরগী শাকপা কনখত্রা কয়বদি, পুমথ্রকসিবা জীব অদুগী হকচাংদগী মশিং মাইদনা শিক্লশিক্লবা মখিক মথক্রোমদা পাইখৎলি হাইব, অমসুং মুংশিংনা শিত্থংনা হুমদোকই হাইবা অসি, ঐথোইনা উবা কংগদবনি। মরিক পুম্নমক অদু, মুংশাংশোর হোজিনবদা ঐথোইগী নাকোন মতুংদা হেক চংবগা, মতম অদুদা ঐথোইনা মনমগী মশক ওইনা মাদু থংবা ঙমই। য়েনখা লুখাদা লফোই মকুলচিংবা থুনাম বাংগৈ চক্লেকপা পুম্নমক অদুনসু মুংশিং শেংদে (ফত্তে)। শা হাত্তুনা য়োনবা, মুচি অমসুং লাইয়েকপশিংনা থবক শুনরিবা পোং পুম্নমক অদুনসু; মুংশিং ফত্তে। মীনা লেনবা য়ুমগী মনাক্তা মোংফম লৈবা অদু অফবা নত্তে।

মৈপাক মতুংদগীসু লৈচিমচিংবা কাথোকই। লৈপাক মতুংদসু মুশিং থজিক থজিক চংই, অমসুং মুংশিং অদু কাথংলক্তুনা লৈপাক মথক্তা লৈবা মুংশিংকা ভিতৈ। লৈনিম কাবা মকমদা পোং পুম্নমক মায়া হেন্না পুমগনি। উনাশিংনা অপুবা অসি, অরম হোবগী মরু ওইবা মরমনি হাইনা, অয়াখনা বাথল তৌনৈ।

মরম অসিনা, মরম অদু অতুনা মুংশিং শেংদে (ফত্তে) হাইবা, অতুগী মতুংদা মরম অহুম অসিনা মরুনি হাইবা অসি থংনগে। মরম অহুম অদুদি অসিনি:— মুংশাংশোর হোন্দোক হোজিনবগী থবক; ময় হোৎবা চাকপগী থবক; অমসুং পোংচৈমচিংবা পুম্নগী থবক অসিনি।

---

## ৩।—মতৌ অহুম তৌরে হাইরগা, মু'শিৎ শেংই হাইবা ম্যাহুগী ৱারম।

১৬। মুংশিং হাইবা অসি শেংননবা পাগল লৈত্ৰবদি, পৃথিবী অসি খুনমক ঐখোবা মাদবা মফম থোক্কদবনি। মুংশিৎ শেংননবা মরূ মরূ থাইবা পাঙ্গল পুম্নমক তাক্কনি।

(১) মনিনগা মনিনগা তিন্নে।— ইশিংদা শঙ্গোম থাদ্রবদি, শঙ্গোম অদু ইশিংগা তিন্নখি। মৈদগী মৈখু কাবা অদু থুনমক মুংশিংনা অমুক উবা ফংদবা মথৈ হনদোকখি। ঐখোইনা মুংশা-শোর হোন্দোকপদা থোকখিবা শেংদবা মুংশিং অদুসু মতৌ অদু-গুম্না, মাইকৈ মরিমক্তা লৈরিবা অশেংবা মুংশিং অদুগা তিনশিন্নখি, অমসুং মাগী ফত্তবা মহু অদুসু মুংশিং অশেংবা মন্নামগা তিন্নবা মরম্না মম্নেং তাখি।

(২) মুংশিৎ অকনবা।— পুমত্তনা লৈরিবা পোং পুম্নমক অদুদগী য়াম্না নমথিরম মনম কাৱকই। মু'শিংনা কন্না শিন্দ্রবদি, নমথিবা মনম অদু পাইথোকখিদে। মুংশিংনা কন্না শিংলবদি, নমথিবা মনম অদু পাইথোকখি, অমসুং মুংশিং শেংনা লে।.

(৩) উনচিংবা।— মুংশাশোর হোন্দোক লোঙ্গিনবা মতমদা জীবশিংনা ওক্সিজেন হাইবা মনিন অসি চিংশিন্নি, অমসুং কার-বোনিক এসিড হাইবা মনিন অসি হোন্দোকই। তৌইগুমসুং উনচিংবদি মুংথিনদনি কারবোনিক্ এসিড হাইবা মনিন অসি থাইদোকই, অমসুং কারবোনিক এসিডকী মনুংদা লৈরিবা কার-বোনগী শক্তক অদু, মুংশাশোর হোন্দিনবগা লোইননা চিংশিন্নি, অমসুং ওক্সিজেনগী শক্তক অদুনা মুংশাশোর হোন্দোকপগা লোইননা

হোন্দোকই। মাসিক্সসু মুংশিং ফনা য়াম্না শেংনৈ। অহিংদদি, ঔনচিংবা পুম্নমক অসি ওক্সিজেন হাইবা মনিন অ'স চিংশিং, অমসুং কাবর্বোনিক এসিড হাইবা মনিন অসি হোন্দোকইদি হাইববু, তোইগুম্বসুং মখোইনা ওক্সিজেন হাইবা মনিন অসি চিংশিনবা অতুপুগী য়াম্না হেন্না অমুক হোন্দোবরকই। অতমকপু উপান্নাংবনা লৈবা যুম অদুদা ভুম্বদ অফবা নত্তে।

মনিনগা মনিনগা তিঃবগী মরম্না, মুংশিং কন্না শিংপগী মথং, অমসুং উশিংগী মরম পুম্নমক অসিনা মুংশিং শেংনৈ। নোং শারবসু মুংশিং শেংনবগী মরমদা য়াম্না ফে।

---

৪।— কবম তৌবে হাইবগা মুংশিং অশেংবা ফংবা ভম্বা, মাতুগী ব্রারম।

১১। মুংশিং অশেংবা হাইবা অসি কয়া মকমগী মতিক কান্ন হাইবা অত্ থংলরিগনি। হকচাংদগী অমসুং অপুম্বা পোত্তগী ফত্ত হেদি নমথি হংওাইবা থোরকইবা পোং পুম্নমক অত, অশেংবা মুংশিংনা মাত্ প্লাপ্পা পুথোকখি। মুংশিং অশেংবনা ঐখোইগী হকচাংসু থোইদোকনা মমুং শেংনরি, অমসুং কন্নরি।

মুংশিং অশেংবা থোইদোকনা মরাং কাইনা ফংবা চম্নবা মতমলৈবাথিবিক্তা মাতুগীদা হোংনগনি। মুংথিন্দদ ঐখোইদ তত্তনা হুমদগী মপান থোক্না কোইনা চংলি। তেহগুম্বসুং অহিংদদি, ঐখোইদি ইমুংদা ভুমতনা লে। মরম অত্না অহিংদদি মুংশিং অশেংবা হাইবা অসি ঐখোইগী হেইদোব হেন্দোবনা হান্নে

করম তৌরে হাইরগা, অহিংদা নুংশিং অশেংবা ফংনবা মতৌ হাইবা মাতুগী বারম অদু, যুমথৈকগী হিরম হাইরকপদা থংহনক্লে।

অমাং অশোই অমোংপা, অমসুং নমথি হংঙাইবা অপুন্বা পোংনা ঐখোইগী ইনাক্তা নুংশিং ফত্তবা তৌবা থেমদনবা হাইতুনা, মতৌ অসুম তৌনা হোংনবা হোৌনৈ। অদুগুম্বা নমথি হংঙাইবা পোংনা ইনাক্তা লৈরবদা, মাদুমকনা ঐখোই শিবমক্তি শিদে হাইবরু, তেইগুম্বসুং মাদুনা হকচাংগী য়াম্না ফত্তবা তেই। হু থম্না যাম্না চাদ্রবদি, মী হাইবা অসি শিদবস্থ যাই। তেইগুম্বসু অদু হাই হাইতুনা হু খজিক্তং চাবসু ফবা নত্তে।

নাদবা মীবুদি অনাবা মানা হেন্না থুনা নুংশিং ফংহন্নে। মরম অসিনা অনাবা মীগীনা থোইদোক হেন্দোকনা নুংশিং অশেংবা চংই।

মাইথৈক মরিমক্তা থোইদোকনা মরাং কাইনা নুংশিং অশেংবা লৈরগদা চংনবা নত্তে। ঐখোইগী হকচাংগী মথুংদসু থোইদোকনা মরাং কাইনা নুংশিং অশেংবা অদু চংহনগদবা ওই।

ফী মতুপ অমা কোঙ্গোম্না পাইতুনা চোংহন্নবদি, মাতুদা চুপথংলকপা ইশিংবুদি, চেংনা পাইতুনা চোংহনবদা চুপথংলকপা ইশিংনা থোইদোকনা য়ামদে। থম্বোম্বিদসু মতৌ অদুগুম্না কন্নিগুম্বা চপশিনবা লৈত্রবদি, মাতুগী মনুংদা নুংশি য়াম্না চংলবদি, হকচাংগী ফত্তবা ...সু য়ামনা নিংথিনা শেংই।

মরম অসিনা লাইহারক হৈবা মতমদা অমসুং থবকথনা শুবা মতমদা ঙকশম লুকনা লৈবা ফবা নত্তে। কন্নিংনা হাইবরু, ঙকশম লুকনা লৈরবদি, থম্বোম্বিগী মথক্তা নমথৈ, অমসুং মরম অদুনা মাগী মথুংদা

মুংশিং নিংথিনা চংবা ঙম্মদে। হকচাং হাইবা অসি তিংনা থম্বনা থোইদোকনা হকচাং শেংনৈ।

---

# ২। ইশিং অশেংবগী ৱারম।

## ১।— ইশিংগী কান্নবগী ৱারম।

১২। থবাই পানবা হাইবা, অমসুং লৈপাক্কী হৌরকপা পাম্বি হাইবা পুম্নমক্কীমক ইশিং হাইবা অসি চংই। ইশিং নত্তনা থবাই পানবা অমসুং লৈপাক্কী হৌরকপা পাম্বি অনিমক শি।

ঐখোইগী হকচাং অসিদা ইশিংগী শরুকনা য়াম্মই। হকচাংগী অরুম্বা ওনবদা মোন অমা, সের বৃষ্ট্রামত্তা শুবা, অদুম রোইবা মী অদুগী হকচাংদা ইশিংগী শরুকনা মোন অমা, সের তরাতক্কক লুই়। ইশিংগী শরুক্না অসুপ হেনবা অসিগী থোইদোকপা মরম লৈ। ঐখোইনা চাবা পোৎ অদু পুকমুংদা চংখিদুনা অহানবদা অশিনবা চনাংগুম্না ওই। অদুম ওইবা অশিনবা চনাংগুম্না পোৎ অদুগী কান্নগদবা শকক থরদং অদুনা, য়েংবদা শঙ্গোমগুম্না থরা মাল্লি, অমসুং মাতুমক্তা ঈ ওগ্নি, অদুগা কান্নরোইদবা শরুক থরদং অদুনা, হকচাংদগী মপান্দা থোকখি। ঈ থরদং অদুনা পিক্ক-পিক্কবা উতোংগী মনুংদা চংখিদুনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা চৎলি, অমসুং হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা চৎখিদুনা, হকচাং পুম্নমক নোইননবা ভোই। ঈদা ইশিং থোইদোক্লা মরাং কাইনা লৈত্রবদি, ঈ অদু, নংশিনখিবনা অদুমা ওইবা উতোং পুম্নমক অদুগী মনুংদা হঙ্গং হন্দা চৎপা ঙম্মদে। করিননে: হাইবদু, উতোং পুম্নমক অদুগী মনুংদা উতোং অয়াম্বদি শমদগী হেন্নসু থুই। ঐখোইনা থক্লিলা ইশিং অদু,

চৎথিহুনা ঈদা তিল্লহৈ, অমসুং ঈদা তিল্লুরে হাইরগা, ঈগা লোইনন। হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা চৎলি। মরম অসিনা ফত্তবা ইশিং থল্লবাদি, ঐখোইগী হকচাং অসি ফৎলোইদবনি।

ইশিং অফবা হাইবা অসি কয়া কান্নবনো হাইবা অহু, মী পুম্নমক থরা থরা মথংই। করিগুম্বা মফম অনৈবা অমদা চৎথিহুনা নাকরগা ইশিং ফত্তবনা নাবনি হাইহুনা, মীনা অসুম হাইনৈ। তৌইগুম্বসুং মহাক মহাক্কী পোবফমদা লৈহুনসু অয়াম্বা মীনা ইশিং ফত্তবা থবনা চানহুনা নান্নি। ইশিং ফত্তবমতনা অয়াম্বা নাই। হুংশিং অশেংবনা বাঃবা অদগুম্না ইশিং অরুবসু কান্নৈ।

হকচাং মসুং শেংনবগীদমকসু ইশিং হাইবা অসি কান্নৈ। মীনা ইশিং হকচাং মথুংনদিং হামদোকই। উনচিংবসু নোংগী ইশিংনা ইকুজখোকই অমসুং নোংগী ইশিংদগী মহিসু চুপথৎলি। নোংগী ইশিংনা লৈপাক মথক্তা লাকনা ওবো ওবো চেনবা মতম অতুদদি ফত্তহেদি নর্মথ হংদাহবা শেংদবা পোং পুম্নমক চামথোক্তুনা পুহুনা চংলি।

## ২।—মতৌ করম তৌবগা ইশিং যংবগে হাইবা মাতুগী ব্রাবম।

১৩। (ক) নোংচব।—ইশিং হাইবা অসিদি, শরুব অযাম্বনা নোংদগী ফংনৈ। তুরেল পুম্নমক্ক ইশিং অসি সমদদা চংলতুনা তারই, অতুমক্তদা সমদ্রনা অমুব থনবা হাইব লৈতে। করিগী মরম্না থল্লিবনো? মাতুগী মরমদি অসিনি, তুরেল হাইবা পুমক অসি মখোইনা লাবপা মফম অতুমক্তদা অমুব হনদি।

মুমিংকী মৈশানা ইশিং হাইবা অসি, সমদ্রুনচিংবদগী লৈচিনগী মরোং ওইনা পাইখৎলি। অমসুং লৈচিন অদুনা লিক্লা নোংগী ইশিং, অমসুং উনগী মশক ওইনা ওল্লি। নোংগী ইশিং অদুগী শকক থরদংনা তেংখিদুনা, তুরেল অমসুং পুখ্রিদা তাই, অদুগা শকক থরদংনা লৈপাক মনুংদা চংশিনখি। লৈপাক মনুংদা চংশিনখিবা নোংগী ইশিং অদুনা লৈপাক অদু মচুম তাই, অমসুং লৈপাক মচুম তাবা মরম্না গুহা অমসুং ইফুংকী ইশিং করিস্থ য়াংপা তেদে। করিননো হাইববু, লৈপাক্তা মতৌ অসুম তৌনা চংশিনখিবা ইশিং অদুনা চুমথখিদুনা, গুহাদা অমসুং ইফুত্তা তাই, অমসুং মরম অদুনা গুহা অমসুং ইফুংকী ইশিং কংবা হাইবা লৈতে। হিমালয় চিংজাওগী মতোনগুম্না য়াম্না ইংখ্রবা মফম অদুদদি, ইশিং অসি উনগী মরোং ওইনা তাই; উন অদু কাংলেম্বাদদি মহি চেল্লি (শেংদোকই)। অমসুং শেংদোক্লে হাইরগা, অদুদা ওল্লকপা ইশিং অদু চিংজাওদগী পোক্লকইবা তুরেল পুম্নমক অদুদা তাই। মতৌ অসুম তেনা তুরেলগী ইশিং অদুনা সমদ্রুনচিংবদা তাকরে হাইরগা, অমুক তুরেন্দা তারে। অমসুং মরম অদুমক্তা তুরেল হাইবা পুম্নমক অসি, মখোইনা লাকপা মফম অদুদা অমুক হনখি হাইবা অসি মথক্তা হাইখ্রে।

নোংজুখাদদি তুরেল হাইবা অসি যাম্না চাওই। অমসুং পুখ্রি, গুহাগী ইশিংসু চাওখৎপা হেল্লি। কাংলেম্বাদদি তুরেল অমসুং পুখ্রি পিকথখি, অমসুং করি করিগুম্বদা পুমকংকংবস্ যাওই।

মরম অসিনা য়েংউ, ইশিং হাইবা অসি মথক্তস্, মখাদস্, কোইচনা চংলি। অহানবদা তুরেন্দা তারগা সমদ্রুদা তাকই।সমদ্রুদগী লৈচিনগী মরোং ওইনা মথক্লোমদা পাইখৎলি। অদুদগী নোংগী মশক ওইনা লৈখাদা তাই। লৈখাদা তারগা অমুক সমদ্রদা তাই।

নোংগী ইশিংনা তাবক্তুনা লৈথা য়োদ্রিডৈ অদুদদি, ইশিং অদু তক্ল তক্লই। য়ুমথক্তগী কবি কবিগুম্বদা নোংগী ইশিং য়াডুনা লৌই, তোইগুম্বসু়ং য়ুমথক্কী ইশিং অদুদি উফুল, উচেক মথি, অমসুং থুনাম্বা অতৈ য়াগ্নবনা ইশিং অদু খরা শেংদে। য়ুমথকনা লৈতেম চপ মাঃডুনা অগুম্বা লৈত্রবদি, অসুম তৌনা য়াম্না মোংকনি হাইনা নিংই। নোংগী ইশিংনা লৈপাক মথক্তা তাডুনা ওয়ো ওয়ো চেনবা মতম অদুদদি, লৈথোম অমসুং নমথি হংঙাইবা অপুম্বা পোৎকা ইয়ানয়াম্লে।

১৪। (খ) তুরেল।=তুরেল অচৌ অচৌবা হাইবা পুন্নমক্কী ইশিংদি খরা মখৈ। নোংজুখাদদি নোংগী ইশিংগা লোইননা তুরেল পুন্নমক অদুদা লৈনাং য়াম্না লাক্তুনা তারবনা, মতম অদুদদি তুরেল পুন্নমক অদুগী ইশিং অদু ইমৈ মৈ। ঙাইহক্তং লেংদনা নিংথিনা থিবদি, ইশিং অমৈবা অদু ন্নুরকই, অমসুং মাডুদা মুংশিল অঙোবা অমসুং নিম্মলী হাইবা উহৈ অদু থাদ্রবদি মাডু থুনা হেক ন্নুই। নারক শিংলক ইশিং থুম্বা লমগী ইশিং অদু যেংবদা ন্নুনা উইদি হাইববু, নমথি হংঙাই অপুম্বা উনা শিংনা মাডুদা য়াম্না তাডুনা লৈগল্লি। অমসুং মরম অদুনা অদু থক্লবদি অরূম হেবা য়াই। ইশিং অফবা ফংদ্রবদি, ইশিং অদু অহানবদা লুম্লে হাইরগা অমগী মতুংদা থক্কদবা ওই। কবিননো হাইববু লুমথোক্লবদি, ইশিং অদুদা লৈরম্বা নমথি হংঙাই অপুম্বা পোৎকী মহ লৈরম্বা অদু কোকই। তুরেনগী ইশিংদা ফা শুরবদি, অমসুং শল ইরোইনচিংবা লৈয়োনহল্লবদি, ইশিং অদু ন্নুদে। মরম অদিনা ইশিং থক্লবা শোকনরিবা তুরেনগী মফম অদুদদি, ফী শুবা অমসুং শল ইরোইনচিংবা লৈয়োনহনবা হেনদে। মফম অদুদগী লাপ্পা ইচেলগী লাপ্পা ইচেলগী মথারোমদা থবক পুন্নমক অদু তৌবা হৌনৈ।

মীনা মতম লৈবা খিবিক্তা তুরেল মপান্দা অমসুং মনুংদা অমাং অশোই তৌশিল্লি, অমসুং চামথোকই। নোংগী ইশিংনা অমাং অশোইনচিংবা ফত্তহৌদি পুন্নমক চাম্বথোকখিদুনা তুরেন্দা তাই। অদুগা পুকচৎপা অমসুং লাইথোকপা অনাবনা শিবা মখোই অদুগী অশিবা হকচাং অদুসু করি করিগুম্বদা তুরেন্দা থাদৈ। অমসুং তুরেল মপান্দা মোংফম শেমদুনা অশিবা হকচাং পোৎলোইবগা, মখোইগী উৎরাই, অমসং তাঙ্গোইনচিংবা অদু তুরেনগী ইশিংদা হুপ্লৈ। ফত্তহৌদি অমোৎপা পোৎসু ইতত্তানা তুরেন্দা লংশেকই।

অসুম তৌরবদি, চাওরচাওরবা তুরেনগী ইশিংসু ফত্তে। তৌইগুম্বসু পিক্রবা অমসুং ইচেল লৈতবা তুরেন্দা অশিবা হকচাংনচিংবা থাদ্রবদি, মাদুগী ইশিং অদুনা অমুক হেন্না ফত্তে। ইচেল নাইনা চেনবা তরেল ওইরবদি, মাদুগী ইশিং অদু মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা শিত্তুনা লুহল্লি।

মীরোইবা হাইবা অসি মখোইগী মনাক্তা লৈরিবা তুরেলগী ইশিং অদু, শেংনা লুনা থন্নবগীদমক করিগুম্বা পাঙ্গল অমা তৌদুনা, মখোইশিং অদুগী নাকপিগদবা ওই।

১৫। পুখ্রি —পুখ্রিগী ইশিংদি ইচেল লৈতে। মরম অসিনা পুখ্রিগী ইশিং হাইবা অসি ইলাইলাইনা হেক, মৈ ফত্তে)। অদুমক্তদা পুখ্রি হাইবা অসি শেংনা লুনা থম্বগী মবমদা থোইদোকনা যত্ন লৈতবসু উই। মীনা পুখ্রিগী ইশিংদা ইক্তজৈ, মচিল তেংথোকই, মতিল শিংচল্লি, ফী অমসুং থোংননবা কোল লিকনচিংবা চামশিল্লি, অমাং অশোই তৌরগা চামশিল্লি। শল অমসুং ওক পুখ্রিগী ইশিংদা চাদুনা লল। অমসুং উনা শিংনানচিংবসু করি করিগুম্বদা পুখ্রিগী ইশিংদা লুপাহন্দুনা পুনশিল্লি। অত্তমনদি ওইরগা, পুখ্রি অদুগী ইশিং অদুমক থকনবা অমত্তুং থোংনবা শোকই।

কালেইদা কংবা অমসুং য়াম্না মরেংতাবা পুখ্রি, পুন্নমক অদুগী ইশিংদি হকচাং কবা ইশিং নত্তে। য়ুমগী মনাক্তা খোংবাল লুপ্নং মচা মচা লৈবা অদু কুপ্পিনগদবা ওই। অমসুং থকননবা ইশিংগীদমক খুনগী মী পুন্নমক অমতা ওইনা তিন্নদুনা, চাওরবা অমসুং নুন্নবা পুখ্রি অমা তৌবা হোৌনৈ। পুখ্রিদা ঙা অমসুং অহিংবা নাপিশিংনা কংনচিংবা লৈরিবা অদুনসু পুখ্রিগী য়াম্না কায়ে। তৌইগুম্বসুং পুখ্রিগী ইশিংদা উনা ময়াম তাবা অমসুং অপুনবা উবা লৈবা অদুনা পুখ্রিগী ইশিং অদু মাংই, ফত্তে। পুখ্রিগী মনাক্তা নমথি হংঙাইবা অমাং অশোই অমোৎপা পোৎ লৈহনবা হোৌনদে। পুখ্রিগী মনাক্তা অমাং অশোইনচিংবা অমোৎপা পোৎ লৈরবদি, মাদু নোংগী ইশিংনা চেন্থখিদুনা পুখ্রিদা তাই, অমসুং লৈপাক মনুংদা চুমথখিদুনা পুখ্রি অদুদা তাই।

ঙম্নবদি, ইন্নজনবনচিংবা অমসুং শল ইয়োইনচিংবগীদমক পুখ্রি অচৌবা অমসু অমুক তৌবনা মতিক ওই। তৌইগুমসুং পুখ্রি অদুগী ইশিংসু ফহন্নিংগদবা ওই। ফত্তবা ইশিংদা ফী শুন্নবদি য়াম্না ফত্তে। ইশিং অফবা অন্নবা হাইবা অসিদি মীদসু ফৈ, শাদসু ফৈ। ফত্তবা ইশিং থক্লবদি, শন ইয়োইনচিংবা শাসু তীল অমসুং লাইনা অতৈ অতৈসু পোকই।

তুরেল অমসুং পুখ্রিগী ময়াদা গুহা মচা মচা তৌরবদি, অফবা ইশিং কংবা য়াই। করিন্ননো হাইবদু, তুরেল অমসুং পুখ্রিগী ইশিং অদু লৈপাক চুমথখিদুনা মনুংদা গুহা ময়াম অদুদা তাই, অমসুং ময়ম অদুনা গুহা ময়াম অদুগী ইশিং অদু মুই, শেংই।

১৩। গুহা—লৈপাক মথা অরুবদগী ইশিং চুমথখিদুনা তাবা গুহাশিং অদুদি, থাইদগী হেন্না ফবা গুহানি। অদুগা লৈপাক

মথক্তগী ইশিং চিথখিন্নুনা তাবা গুহাশিং অন্নুদি কয়া মকন্তে। পৃথিবীগী মথক্তদি মতম কুইনা লৈরবা ফত্তহৌদি অমোৎপা পুম্নমক পৈন্নুনা লৈ। অমস্নুং ফত্তহৌদি অমোৎপা পুম্নমক অন্নুগী মন্নুংদা চিথখিবা ইশিং অন্নুস, মোৎলি।

ভারতবর্ষদা লৈরিবা গুহা পুম্নমক অন্নুদা, লৈপাক মথক্তগী ইশিং চেম্নখিন্নুনা তাবা দোষ অমতদি মলৈরে। করি করিগুম্বদস, গুহা পুম্নমক অন্নুগী মপাল তোংনা লৈতে, অমস্নুং মাইকৈ মরিমক্তা লৈখুল লৈ। ইশিং হৈদোকপা পুম্নমক অন্নু লৈখুল ময়াম অন্নুদা তাই। মতৌ অস্নুম তৌনা লৈনাং অমস্নুং শল ইরোইনচিংবগী শম্থি শনমুং গুহা অন্নুদা তাই।

গুহাগী মপাল নাইবা হৌনৈ। অমস্নুং মপাল মরিমক অন্নু মপাল লোমদা গুমহনবা হৌনৈ। করিননো হাইববু, অন্নুম তৌরবদি, গুহা অন্নুগী মনাক্তা ইশিং হৈদোকপমখৈ গুহা অন্নুদগী লাপ্না চেম্নখি। মপাল অন্নুদা গুন্নুগা চ্যেকুপকা য়ান্নবা অন্নু খুতৈ অমুক্তং তৈরবদি, য়াম্না কান্নৈ। গুহাদা ইরুজবা অমস্নুং খুৎশা হাম্বা হৌনদে। গুহাগী মথক্তা উগী উশা উনাচোম্নহুনা লৈহনবস্ন হৌনদে। করিননো হাইববু, অন্নুম তৌরবদি গুহা অন্নুগী ইশিংদা উনা তান্নুনা পুমন্নুনা লৈ। গুহাগী মথক্তা করিগুম্বা অমনা থুন্নবদি য়াম্না ফৈ।

গুহাদগী ইশিং শ্রোক্রনবা অরুবা পাত্র অমস্নুং থৌরিনা তৌনগদবা ওই। গুহাদা অকাইবা চক্নু অমস্নুং থুনাম্বা তাবা পুম্নমক অন্নু মরক মরক্তা কোথত্তুনা, গুহা অন্নু শেংদোকপা হৌনৈ।

চুরি ( ইশৎ ) অমস্নুং অমোৎপা লৈখুনগী থুনাম্বা অন্নু থোইদোকপা ফত্তবনি। চুরিগী অপুম্বা পোৎ অমস্নুং মীগী অমাং অশোই লৈবা

ইশিং অহু থক্লবদি, থোইদোকনা অকীবগী মশক ওইবা শাইনানা নাঠৈ। শুহাগী মনাক্তা থুনাম্বা লৈবা লৈথুল পুম্নমক অহু নিংথিনা শেংদোক্লে হাইরগা ফুঞ্জিনবা হৌনৈ। শুহাগী মনাক্তা করিগুম্বা থুনাম্বা লৈবা অতুমক ফত্তবগী মশকনি। ইশিং হাইবা অসিদি নমথিবা মনম চুপশিল্লি।

### ৩। ইশিং স্মুনবগী ব্বারম।

১৭। ইশিং অফবদি শ্বুনা লে। মাহু থকপদা মনম লৈতে, অমসুং মাহুদা করিগুম্বা নমথি হংদাইবা অপুম্বা পোৎ লৈতে। করি করিগুম্বদা ইশিংদা শুমু অমসুং অতৈ লৈবংদগী থোকপা পোৎ ইশিং-গুম্না মহি লাংনা থোইদোকনা য়াগ্না লে। করি করিগুম্বদসু লৈবংদগী থোকপা পোৎ থজিক্তা লৈবসু য়াওই, অমসুং ইলৈলৈতবসু য়াওই। লৈবংদগী থোকপা পোৎ থজিক্তা য়াওবা, অমসুং ইয়াওয়াওদবা ইশিং অহুনা, থোংনবা অমসুং তেংনবা চান্নবগীদমক্তা মাহুনা তৌনবা ফৈ।

বিলাতকী অচৌ অচৌবা সহরদি, লম্বেল মমুংদা উতোং হুত্তুনা পুরে হাইবগা অমুদা ইশিং অরুবা অফবা পুনৈ। ভারতবর্ষগী সহর কয়া মনমদি, হেঁজিক মতৌ অসুম তেংনা ইশিং পুনরি। মসুম অমদা সহর অতৈ অতৈসু অসুম তেংনা উতোং হুত্তুনা ইশিং পুনরক্কনি।

ওৎরবদি, ইশিং অফবা শোংদুনা থমউ, অমসুং তরু তরুনা শেংনা স্মুনা থমউ। ইশিং অফবা ফংদ্রবদি, ইশিং অহু অহানবদা লুম্লে হাইরগা, ইংহংবদুনা অমসুং চুমথোক্তুনা থকপা হৌনৈ। চুমথোক্লি-ল্লেদা ইশিং অহু চুমথোক্লবদি, মাহুনা অমুক হেন্না ফৈ। ইশিং চুম্নবা

খুৎলাইদি য়াম্না লাইনা শাবা য়াই। বাগী য়োইরবস্থু ডগী য়োইরবস্থু থাক থাক নাইবা মওং অমা (ফ্রেম) শায়গা থাক থাক খুঁদং অড়দা মথং মনাও নাইনা অমগী মথক্তা অমা অস্থুম তৌনা ইশিং পুল থমউ। মথক থংবা ইশিং পুল অড়গী মনিংদা পিকনা পিকনা অহোবা অমা অনিদং হুৎলু। অড়গী মতুংদা অহানবদা অফবা লৈগোই, অড়গী মথংদা অফবা মৈতাল হাপ্লুনা, হাইরিবা মথক থংবা ইশিং পুল অড় খাংঙ ফাওবা হাপউ। চুমগদবা ইশিং অড় তপ্পা তপ্পা মথক থংবা ইশিং পুল অড়দা হগনি, অমস্থুং ইশিং অড়না লৈগোইনে মৈতালনে অনি অড়গী মস্থংদা চুমথংহন্দুনা, মথাগী ইশিং পুল অড়দা তপ তপ লাওনা তাগনি। মথাগী ইশিং পুল অড়গী মচিল অড় পিকনা পিকনা হোবা ফীজুম অপাবপা অমনা কুপশিন্দুনা থমগনি। অড় নত্রবদি, ইশিং পুল অড়গী মখুংদা করিগুম্বা তাবা য়াই। লৈগোই অমস্থুং মৈতাল অড় মরক মরক্তা শংদোক্কনি।

ইশিং হাইবা অসি থাইমতংগী থোইনা হেন্না ফবা থকননবা ওইবা পোংনি। ইশিং থক্লবদি, খোয়াংবা কোকই, অমস্থুং করিগুম্বা ফত্তা লাক্লবা তেদে। থক্লগা ভাওবা য়ু অড় থক্লবদি, মতা অমা ওইনা খোয়াংবা কোকই। মরম অড়না য়ু হাইবা অসি থক্লিবমখৈ থকনিংই। য়ু থক্লুনা মী য়াম্না অমুক্তোইনা মাংখা (মুৎপা) য়াওখ্রে। য়ু হাইবা অসিদি ইশোক শোক্লবনা মখৈ।

## ৪। ইরুজবগী ৱায়ম।

১৮। ইরুজবনা কান্নবা।—হকচাং হাইবা অসিগী মগুণ অমা অস্থুম তৌনা লৈ, মাড়দি অসিনি, মাঙোল্লা নর্মাথ হংডাইবা ফত্ত-তৌদি হেক লৈরিবা পোং পুম্নমক অড় মানা শুমথৈথ থুনা মপান্দা পুথোক্লকংগী লাকনৈ। মপান্দা পুথোকনবগী পাঙ্গল অনিদং লৈ।

পাজল অনি অতুদি অসিনি, মুংশাশোর হোন্নোকপদা অমা, উনশাগী মনুংদা অমা। নিংথিনা শেম শাথ্রবা সহর অতুদি ইশং লৈ। ইশং অতুগী মনুংদা ইশিং হঙ্গং হন্না চংলবদি, সহর অতু থোইদোক্লা শেংনা থম্না লৈ। ঐথোইগী হকচাংগী উনশাদস্থ ইশং য়াম্না লৈ। মথোই অতুদি পিকমনথ্রহনা, মিংনদি ঊবা লাকপা ফংবা নত্তে। অতুদগী হেন্নোক্লনা, লুপা অমগী পান্দম উনশাদা ইশং লিশিং অনিরুম লৈ। অসুম ওইবা পিকথ্রবা ইশং অসিগী মনুংদা অতংপা লৈতনা ইশিং চংলি; অমসুং ইশিং অতুগা লোইননা হকচাংগী ফত্ত-হৌদিবা নমথি হংস্থাইবা পোং পুন্নমক মপান্দা থোকই। মহৌশানা ইশিং থোকপা অতুদগী অবাবা থবক তৌবা মতমদনা য়াম্না হেন্না ইশিং থোকই। ইশিং অতুদি উনশাগী মথক্তা মরিক মরিক ওইনা থোকপা ঊই, অমসুং মাতুবু হমাং হাইনা কৌই। নোংমদা উনশা মনুংদগী পেংবা অহমরুম, করি করিগুম্বদস্থ অতুদগী য়াম্না হেন্না ইশিং থোকই। থোক্লকইবা ইশিং অত অশেংবা ইশিং নত্তে। ইশিং অতুগা লোইননা মুমিং খুদিং তোলা মথাই মরুম ফত্তবা হু চেনবা পোং থোকথি। উনশা অতু চামথোক্লনা শেংদোক্লবদি, অসুম ওইবা ইশং মচা মচা অসিগী মং াং অত হাংদোক্লনা লৈ। হকচাংগী ফত্তহৌদি মুয়ানচিংবা পেহনা লেরবদি, মতিস পুন্নমক অতু ফুন্নি। অমসুং অতু বোইরবদি, হকচাংগী ফত্তহৌদিবা পোং পুন্নমক অতু চাংনাইনা মপান্দা থোরকপা ঙমদে। অতুদদি ফুরি অশাংপনচিংবা অমসুং অনাবা অতৈ অতৈ থুংলকই। সাপোন নোইহনা ইক্লথ্রবদি উনশা অসি য়াম্না থম্ই।

হকচাং ফত্তহৌদিবা পোং পুন্নমক অতু মোল অমসুং শেংনচানবা ফীদা শকই। মোনগা অমসুং শেংনচানবা ফী অত্থ অমুক নোই-

নম্নবদি, ফত্তহৌদিবা পোৎ পুম্নমক অদু অমুক হকচাংদা পজুনা হকচাংগী ফত্তনবা তৌই। মম্নম অসিনা হকচাংগুম্না ফমুং অমম্ফীরোনমু শেংনা যুনা থমগদবা ওই।

১৯। মতৌ করম্না ইক্লজগদগে :— হকচাংনা নাদয়েত্তনা লৈরবদি, নিপা করি মুপী থাই পুম্নমক মুমিৎ থুদিং ইবজবা হোৌনৈ। ইক্লজবগী মতম অফবদি অমুক অগুনবদনি। তেই ইগুজম্মু থবকথনা গুহুনা শিম্লংহুনা চাবা মীগুম্না উকুল বাইফুলনচিংবা নৈমহুনা, হকচাং মোৎপা মথোইশিং অতুদি, মুমিৎ তাবা মতমদা ইক্লজবা হোৌনৈ। চাক হেক তোকপগী মতুংদা ইকজবা ফত্তে। মাদু ওইরবদি, চাক তুম্বা ওমদে। ইশিং অফবনা ইক্লজবা হোৌনৈ। ইশিং অমোৎপনা ইক্লজরবদি, গিনিওর্ম কোবা নানবা তীল অদু হকচাংদা চংই হাইনা থাইনা নিংনৈ। ইক্লজবা লোইরে হাইরগা, ইক্লখুদনা নিংথিনা হকচাং তৈথোকপা হেনৈ।

মশা কম্বিনা অমসুং নহা ওইরিবশিং অতুদি, ইশিং অইংবনা ইক্লজবনা মফৈ। নিংথিনা হকচাং নেত্তিখাত্তুনা, ইশিং অইংবদা ইক্লজথোকপদা মাসিদি মান্না ইংই, অমসুং নিংথমই হাইনা নিংশিংদ, ইশিং অইংবদা ইবজরবদি নাবা য়াই হাইনা নিংতুনা ইশিং লুম্বু লুম্বু শাবদা লুজগদবা ওই। অক্লম হেক্কত্তনা, অমসুং ইশান ফাইকত্তুনা, অনা হেগৎলবইবা মথোই অতুনা, হকচাং পান্দম মথন ফাম্দ্রিদুনা, ইথকথকনা ইশিং অইংবনা ইকজত্তুনা, অনাবা অদু হচিদি। মথোই অতুদি হকচাং মথেন ফান্দ্রবা কাগুবা ইশিং লুপ্ লুম্বু শাবদা ইক্লজবা হোৌনৈ। ইক্লজরিদুনা হকচাংদা ঙংশিং অইংবা মৈরবদি কৌরি করিগুম্বদমু অক্লম হোৌই।

নাড়না লৈরিংঙদা, মশা চামথোক খোদোকপিরবদি, অনাবা মী অদুগী রাম্না লুংছাইনা অবা পোথাবা বোই। মরম অসিনা লুম্বু লুম্বু শাবা ইশিংনা অহানবদা, হকচাংগী মফম অমা চামথোক্লনা নিংথিনা তৈথোকনি, অমসুং তপ্না তপ্না তৈথোকপিরে হাইরগা, ফীনা খুমজিমগনি। অদুগী মতুংদা, মফম অমদা মতৌ অসুম তৌনা চামথোক্লনা তৈথোকপিগনি, অমসুং মতৌ অসুম তৌনা হকচাং পুম্নমক অদু মথং মথং চামথোক খোদোক্লনা, তৈথোক্লনা শেংদোকপিগনি।

---

# ৩। অকবা চিঞ্জাক্কী ৱারম।

## ১।—চাবা হাইবা অসিনা করি কান্নবগে ?

২০। চাদ্রবদি, হকচাং হাইবা অসি অসুম অসুম কংশিল্লক্লনা, মী হাইবা অসি শি। তৌইগুম্বসুং হকচাংদা লৈরিবা তোং অদু চাদ্রগা, কদাইদা চংখিবগে ? মুংনা শাবা লাইফদিবীদি পিজদ্রবসু মরাং কংদে। মাদুগী খেন্নবা হিরমদি অসিনি, মী হাইবা অসিদি থবক শুই, লাইফদিবীদি থবক শুদে। বা অমতা ঙাংলবসু, অমসুং খোংথাং অমুক্তং থাংলবসু, হকচাং ময়েং তাই। ময়েং তাথিবা অদু চিঞ্জাক্না অমুক হঞ্জিল্লি।

ইঞ্জিনগী গাড়ী অমতনা রেলগাড়ী মরাম চিংদুনা, পুদুনা চংনৈ। হাইয়ু য়েংসি, করম তৌদুনা ইঞ্জিন হাইবা অসিগী মপাঙ্গল অলুপ কন্নিবগে ? ইঞ্জিনগী চাওরবা মচিল অমা লৈ। মচিল অদুগী মমুংদা মরক মরক্তা মৈতাল অমসুং শিং হঞ্জিল্লি। ইঞ্জিন অদুনা

শিং অমসুং মৈতাল অহু চাহুনা লৈ, অমসুং মরম অহুনা, মাগী মপাঙ্গল অসুপ লৈরিবনি, অমসুং গাড়ী অসুপ য়াম্না চিংবা ঙম্লিবনি। মৈতাল ফংত্রবদি, ইঞ্জিন অহু চপ লেপ্পুনা লৈ। নংসু অহুগুম্না নচিঞ্জাক চারিবা অহুদগী নপাঙ্গল ফংলিবনি, অমসুং নপাঙ্গল ফংবগী মরম্না থবকথনা ঙবা ঙম্লিবনি নংগী হকচাং মশেং তাথিবা অহুপকী মৈ[illegible]ংনা চিঞ্জাক্কী অমুক ফুলহম্লিবনি।

ভৌইঙুমসুং চিঞ্জাক্কী পাঙ্গল্তা ফংই হাইবা নত্তে। চিঞ্জাক হাইবা অসিনা হকচাংবুস্তু ফোং ফোং শানা থমই। চানবা পোং অহু হকচাং মনুংদা চংখ্রে হাইরগা, পুক মনুংদা মৈগী মনিম্না ভৌবঙুম্না চাকই, মৈরি থোকনা ভ্রুং ভ্রুং চাকপদি চাক্কে। চাবা ফংত্রবদি, ঐথোইগী হকচাং অসি অসুম অসুম কংথম্লকই। ভৌইঙুমসুং নিংথিনা চারবদি, হকচাং অসি থোইদোকনা ফোং ফোং শাই হাইনা নিংই। হকচাংদা মুমিৎ খুদিংগী চাং অমতদা থোক্লিবা মৈশা অহুনা, চাওরবা ইশিং পুল অমা নুম্বা য়াই।

---

## ২।—করি চাবা হৌনৈ ?

২১। চিঞ্জাক পুম্নমক্কী মগুণ অসি চপ মান্নদে। মরম অসিনা ঙমগদবা লৈরবদি, মথল মথা অয়াম্বা তৌহুনা চাবা হৌনৈ।

হকচাং মশেং তাথিবা অহু হঞ্জিনবা, পাঙ্গল ওইনবা, অমসুং মৈশাগীদমক ঐথোইগী চিঞ্জাক হাইবা অসি চংই। মরম অসিনা হকচাংদা অসি অসিনা কায়ে হাইবা অহু লৈবা চিঞ্জাক পুম্নমক অহু অফবা চিঞ্জাক হাইনা কৌই। অঙাংশিংগী মশাদা কারবা

পুম্মক অতু শঙ্গোমদগী জুম্না ফংই। অম্ভাংশিং অহুনা চাওম্রক্লবদি, মগোইনা চিঞ্জাক অতৈ অমা চাই।

মহি মরোং হাইবা অসি মওইগী অথোইবা চিঞ্জাকনি। মাত্তুগী মরক্তা চাক হাইবা অসি হকচাং নোইনবা থম্না বাংশি। গেহু, জওয়ার, বজরা, চুগঞ্জাকনশিংবা অসিদি চাকপুম্বি ম্যাম্না হেন্না ফে। অমসুং মাসিগুম্বা চিঞ্জাক পুম্নমক চাহুনা লৈবা মীশিং অত্তগা, চাক চাহুনা লৈবা মীশিং অত্তগা, চাক চাহুনা লৈবা মশিং অহুদগী মগোই অহুনা ম্যাম্না কনবা হেল্লি, অমসুং থবক ম্যাম্না হেন্না শুবা ঙমই। চাক্কা লোইননা হবাই থঙ্জিক থজিক্তুং ম্যাওরবদি, চাক অহনা ম্যাম্না নোইনৈ। ঙা হাইবা অমসুং শা হাইবা অনিমক অসিদি ম্যাম্না পানল থোকই।

চাক, ঘী, অমসুং অথুম অশাওনা মরি ওইনা চাহুনা লৈবা মশিং অত্তদি, মপা নোইদি নোই হাইববু, থবক ম্যাম্না শুবদি ঙমদে। চহি থঙ্জক্তুং ঙাইরিঙৈ নহা ওইরিঙৈদা মথাইগী মকোক্তা পোক হেই, অমসুং মথল মা। অম্যাম্বা লাইনানশিংবনা নাই। ম্যাম্না হৌংবা লৈপাক্তদি মৈপা কনবা চিঞ্জাক অসি ম্যাম্না কাৈ। * তেইঙ্গুম্বসুং হকচাংগী মৈপা অসি ঙাকবদা নত্তনা, মবম অতৈগীনমকম, হকচাংনা (শা, ঙগী মহাওনচিংনা মহাও থম্বং ম্যাওদনা হাদে তেইগুম্বসুং চাংকাইনা থবা হেনা মহাও অত্ত চাম্নবসু ফত্তে।

২২। নিংথিনা মুম্নবা উটহি হাইবা অসি ম্যাম্না অফবা চিঞ্জাকনি। তেইগুম্বসুং উটহি অহুনা শংলবসু, অমসুং হাফা মুম্নবসু ফত্তে। থোংলবা চিঞ্জাক অহু মতম কুইনা লৈরবস, হকচাং ফত্তনবা ওই। কবিগুম্বা অসুম্বা চিঞ্জাক অত্ত থক চাবা হেনদে।

---

* হকচাংগী তোংদা নাইট্রোজেন হাইবা মনিন অসি লৈ। নাইট্রোজেন হাইবা মনিন অসিদি মুংশিত্তম লৈ। হকচাংগী নাইট্রোজেন হাইবা মনিন অসিদি অহংবা লোতনা তুনই। তুমখিবা অত্ত চিঞ্জাকনা হঙ্গিলহনবা ঙৌনি। গেহু, জাওয়ার, শা মাসুক্তা নাইট্রোজেন হাইবা মনিন অসি যাম্না লৈ, চাক্তদি থঙ্জিক্তা লৈ, থাওদদি ইলৈতে। ঙুর হাইবা অসি ঐগোইগী শক শানবগী মক ওইবা মচ কনি। মবা অহুনা, ঐগোইগী চানবা চিঞ্জাক্কা লৈনুংদগী পোকপা পোৎ থবা হওবা কাম্নে।

পূকচৎনরক্রবা অমসুং ইত্তোন কাইনরক্রবা মতম অয়ুদদি, চিঞাকী হিরন অসিদা য়াম্না চেক্শিনগদবা ওই। মতম অমদা চামগা কৎলোইবদা পোৎ অহু, নাইনা পূরক অসিনা ত্তোনরক্রবদি, য়াহু চারগা নাহুনা শিবা য়াই। উহৈ অমসুং মনা মশিং অশংবা, অমসুং চাখিবদা তুমদবা পোৎ পূরমক অহু চাবা হৌনরে।

মলদানচিংবা (মরোই অকুপ্পা মক) অসি খজিক খজিকং চারবদি, হকচাংদা কায়ে। য়াম্না চারবদি পুক নাই।

পানা চাবা হাইবা অসি য়াম্না কনদে, খী অমসুং ফত্তে। পানা চারবদি য়া ফত্তে, করি করিগুমদসু চাকৎলি অমসুং লৈপান থুই। পানা চাবদা মতম লৈবা খিবিক্তা লল ত্তিংই মরম অসিনা, পানা হাইবা অসিদি চাদবমক্তা মকৈ।

মাইবশিংনা করি করিগুবা মফমদা হিদাক থকউ হাইত্নুনা ত্তাকপি। ত্তেইগুবমসুং হিদাক থকপা হাইবা অসিদি হকচাং ফনবগী মরমদা কায়দে। হিদাক লৈবদা শেল ত্তিংবা অত্ত, অতৈ করিগুবা মরম অমদা তিংলবদি য়াম্না কাম্নবা য়াই। অঙাংশিংনা হিদাক থকপা হাইবা অসি য়াম্না ফত্তে। হিদাক হাইবা অসি থকপা তমখিত্রবদি, হিদাক থকপনা চুমই হাইত্নুনা, থক নিংলোই। আফিং অমসুং গঞ্জা থকপা হাইবা অসি য়াম্না ফত্তে।

নিংথিনা মুহা থোংদবা চিঞাক অত্ত চারবদি য়াম্না ফত্তে। মিশি অমসুং কোয়িগী পাত্রদা থোংলবদি, মিশি অমসুং কোয়িগী হ অত্ত চাহুনা, করি করিগুমদসু মীনা নাই। থোংনবা পাত্র হাইবা অসিদি শেংনা মুনা থমগদবা ওই; অমসুং থোংনবা পাত্র অত্ত [illegible]

শাবা ওইরবদি, মমক মমক্তা যাহ্নু অমুক অমুক য়াংনা তৈবা কাওবা য়াদে।

---

৩।—করম তৌনা চাবা হৌনৈ ?

২৩। চাবা হাইবা অসিদি মতম নাইনা চাবনা য়াম্না কায়ৈ। হকচাংগী কায়াং অতৈ অতৈগুম্না পুক হাইবা অসিগীম্ মমক মমক্তা অবাবা পোত্থাবা হৌনৈ। মরম অসিনা মতম নাইনা চাত্রবদি, পুকনা চারকইংবা চিঙ্গাক পুম্নমক অহু তুম্মহনবা ঙমদে। চাবা হাইবা অসি মতম নাইনত্তা চাবা হৌনৈ। অমস্তুং চাখিবা চিঙ্গাক অহুনা তুম্মত্রিবদা অমুক চাবা হৌনদে। *

অমুক থবক ওবা চৎলমদাইদা চাক খজিক্তুং চাত্তনা চৎলবদি হকচাং কম্নি, অমস্তুং অরূম হৌবা ঙমদে। খুদোং চাবা ফংলবদি, মুখিং মুংবা মতমদা চানবা পোৎ অহু, ফোংদোং শানা নিংথিনা অমুক্তুং চাগদবা ওই। অমস্তুং মুখিং তারগা পুং অরেং তাত্রিবগী মমাং অত্তুদা অমুক চাবা হৌনৈ। অহিং থেংনা চাবা হৌনদে। পুক থম্না চারবা মতুংদা ঙাইহক্তুং পোত্থাবা অহু কৈ।

মরাং কাইনা য়াম্না চাবা ফংদত্তুনা, শিবা মী অত্তুদগী মরাং কাইনা য়াম্না চাবা ফংদ্রুনা শিরা মী অত্তুনা হেল্লা য়ামই। ইনাকখুনবা মী হাইবা অসিদি মরাং কাইনা থোইদোক হেন্দোকনা চাবা য়াওই। লাইরবা মী হাইবা অসিদি মহৌশানা থম্না য়াংনা মংাই। অমস্তুং মরম অসিনা, মথোইনা কম্নিগুম্বদা চানবা পোৎ য়াম্না ফংলবদা, মনিংতম্না য়াম্না চাথোক্তুনা, কম্নি কম্নিগুম্বদা মথোইনা মশামক্কী ফক্তনবা তৌই। য়াম্না থম্না চাত্তনা, পুক নুমথহনবা হেনদে। মাত্তুনা য়াম্না ফত্তে।

---

* মহৌশানা, পুং অহুমগী পুং মত্তা ক'ওবদা চাখিবা চিঙ্গাক পুম্নমক অহু তুম্মই। কম্নি কম্নিওবা পোৎনা অতৈ কম্নিওবা পোত্তগী হেন্না য়াম্না থুনা থুনা মংওই। চাক হাইবা অসি মহৌশানা পুং অমগী মতুংদা তুম্মই, মংওশানা পুং অহুমদা তুম্মই।

চানবা পোৎ অমু নিংথিনা শাইহনা চারবদি, মাহুং ইলাইলাইনা ভুমই, অমসুং য়াম্না নোইনৈ। চাবা মতমদা ইশিং থরা থরা থকপা হোৌনৈ।

---

## ৪। অঙানবগী ৱারম।

২৪। অমম্বা মফমদা হোৌবা উপাল উরিশিং অমুদি য়েংবদা ঙেই, অমসুং শিরুম নাক্নবা উই। উপাল উরিশিং পুম্নমক অহুনা অঙানবদা শাক্কদগী অ চংপা লৈতনা লাকনৈ। মতৌ অমুগুম্বা অমম্বা মফমদা লৈবা মীশিং অমুদি মশা অমু তাইফেং তাই, শোম্নি অমসুং মথল মথা অম্নাম্বা লাইনানা নাই। মশোইগী মপুক্কিং অমুম্ব হৈনিংদে।

"ওহোকপনিদা! অঙানবা হাইবা অসি য়াম্না নিংথিজবা পোৎনি, অমসুং অঙানবা হাইবা অসি উবদা কয়া নুংঙাইরিবা।" অঙানবা হাইবা অসিনা লৈত্রবদা অম্নুপকী মতিক বাই, উচেক পোল অমু ফীনা কুপশিন্দুনা থম্নবদা, উচেক য়েনা মনাই মকই, অমসুং পোং লাকপা অমুক তেংদে। অতিয়া পুম্নমক নোংনা মংহনা, মাইকৈ মথিমক ইমমমমহুনা লৈবা নুমিং অমুবুদি, নুংশা ইহানবোনা শাবা ফুমং অহুনা হেনা ঐশোইগুম পুকনিং হয়াওনা লৈ। অনাবশিংনা অনা হোৌগৎ-লকপদা নুংশা মঙানগী পাঙ্গল মপৈ মপৈ ফংই হাইনা নিংই।

অমম্বা য়ুম হাইবা অসিমক্তদু হকচাং ফজে। অঙানবা চংদবা মফম অমুদদি, মাইবা শোইদানা চংদবা হেনদে, অঙানবা চংদবা মফম অমুদা লৈবা মীশিং অমুদি শোইদানা নাই হাইবা পাওবৌ লৈ। নুমিংকী মঙানা য়ুম হাইনা অসি শেংদোদই। নুংগী পোংচৈ অমু থোংদে হাইবা অঙানবগী পাঙ্গল থৎবা ওমই, অমসুং থংবা ওম্নবদি, মীনা মাহু শেংদোদই। অঙানবা উমবদি, নিংচিংনা

বৈফকশবা খা পুম্নমক চেন্নি। অশুানবা অমসুং মুংশিং য়াম্না কম্দবা য়ুম অচৌদা, মুপী নহাশিংবু খিংচৌনা থম্মগী মচৎ অসি, য়াম্না তম্থিবা অমসুং অয়ানবা থবকনি। অদুগুম্বা যুমদা থম্নবদি, মুপী নহাশিংগী মশা কননবগী মরমদসু ফত্তে, অমসুং মখোইগী মচাশিংগীসু মশা কননবগী মরমদসু ফত্তে।

তৌইগুম্বসুং অশুানবা হাইবা অসি কাগ্নে হাইদুনস্ম, অয়াকপা মুংশাদা কোইরবদি, নাবা য়াই। মুংশাদা হসৎ হন্দা চেন্দুনা শাম্নরবদি, অশুাং পুম্নমক অসিমক মকোক মচিকই। লৌবুক্তা থবক শুবা হাইবা অসি মখোইগী মহোশা ওইথুবা মখোই অদুদি, মুংশানা য়েন্দুনস্ম, মখোইগী করিস্ম ফত্তহোদিবা তৌদবা য়াই। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মী অমনা মুংশাদা চৎকদবা লৈরবদি, নিংথিনা মকোক খুমজিন্দুনা, অমসুং পে ( ছাটিন ) থান্দুনা চৎকদবা ওই।

---

৫। হকচাংফননবগী মরমদা মতিক ওকপা কীরোম্নচিংবগী হ্বারম।

২৫। নিংথম কান্বিনচিংবা থাইনা কীজেৎ তোপ্পা হৌনৈ। ভারতবর্ষগী অবাংথংবা লমদমরোমদদি নিংথম থাদা য়াম্না নিংথম্বা অদুগুম্না, কালেম্বাদসু য়াম্না শাওই। ভারতবর্ষগী মথাথংবা লমদমরোমদদি অদুগুম্না তৌদে। নিংথম থাদা নিংথম কী ওক্তবনা বঙ্গদেশদা মী য়াম্না শি। মুংশিং অহংবা হকচাংদা য়েন্দুনা, মখোই অদু অরুম হৌই। হকচাংদা ফলালিগী ফুরিং অমা লিংলবদি, নিংথমদা হকচাং চংখোম্না ওাকনৈ। লাইরবা মীশিংনদি মখোইগী শেংপা ওকনবনচিংবা কীরোন লৈবা ওম্নবা পাগল লৈতে হাইনা মপুক্তা নিংলিগনি। তৌইগুম্বসুং নায়গা লাইরংবদা তিংবা অদুদগী, ওকনবা কীরোন লৈবদনা য়াম্না হেন্না বাংনা চংগনি হাইবা অসি, মখোইনা খংজগদবা ওই।

অমস্নুং নিক কোন শানবগী মমক নুপা তিংগদবগী শক্তকপুদি, ওকনবা ফীরোন লৈবদা শেন তিংবনা হেন্না য়াম্না কৈ।

কোক অমস্নুং পুক হাইবা অসি হকচাং অপুন্নগী তিন্নকম মন্ন ওইবা মফমনি। মরূব অসিনা মুংশাদগী কোক অসি কন্নবা কোক্তা কোয়েংকী মবোং ওইনা ফী য়েত্তুনা থবা, অমস্নুং চোম্না শাবা নুহপ উপ্পা য়াম্না কৈ। পুক্তা মতম লৈবা থিবিক্তা, থোইদোকপা অমসুং অহিংদা, নিংথিনা ফী য়েত্তুনা থম্নবদি, থোইদোকনা নাবা ওমন্ন। নিংথম কাথি ওন্নবা মতম অহুদদি, থোইদোকনা চ্যেকশিন্না লৈগদবা ওই। কন্নিননো হাইবদু, মতম অহুদদি নোংমনা ওলাংবগুম তেংই, নোংমনা শিংথবগুম ভোই। থংনিং হেক নিংথম্নরুবদি নাগনি। অশোনবা অভাংশিংদি ইংনবদি মতম লৈবা থিবিক্তা নাহুনা লৈ। অমস্নুং য়াম্না চাওনা কোয়েং অচৌবা য়েংশগুম্না থোইদোকনা য়াম্না ফী শেংনা ইন্নবদু ফত্তবা য়াই। অয়ুক মুংথিন্দা শেংনা চানবা ফীরোনশিং অদু, অহিংদা শেত্তুনা লৈবা হোনদে। কন্নিননো হাইবদু, অহিংদমু মাদু শেত্তুনা লৈন্নবদি, অয়ুক মুংথিন্দা শেংনবা অদুদা মমাং পকহৌবা অদু করবা কংগ্রে। ফী হাইবা পুন্নমক অসি শেংনা থুনা থবা হৌনৈ।

ফী অচোংপা শেত্তুনা ফমহুনা লৈবা অমমুং তুবা হাইবা অসি য়াম্না ফত্তে। ফী অচোংপা হোংনবা পাক্কা লৈগ্রবদি, ফী অচোংপা অহুনা কংগ্রিবমৈথৈ, মলেং মন্দা কোইচংচত্তুনা লৈগনি।

---

# ৬। চেনবা চোংবনচিংবনা হকচাং কননবগী সাজেন তৌবগী বারম।

## ১।—চেনবা চোংবনা হকচাংগী কান্নবগী বারম।

২৬। চেনবা চোংবনচিংবনা হকচাং কননবা শাজেন তৌবা হাইবা অসিনা, হকচাংদা কররা কান্নবগে হাইবা, অদু তাক্লি।

ঐখোইগী হকচাংদা শক্তম ওইনা লৈরিবা হকচাংগী শরুক কয়া মরমগী পান্নরা ঐখোইনা লেং ওত্তনা কোই। অদুম ওইবা শক্তম ওইনা লৈরিবা হকচাং অদুগী মফিংদি তোং হাইনা কৌই। নাং কাইদানা শিজিন্নরবদি, তোং হাইবা পুরুক অসি নোই, অমসুং কয়ি। কনাগুবা খাংজবা অমগী মখুং য়েখংবা অদু উরগা, বা অসি অদুবনি হাইবা খংবা ঙমই। অদুগা ওন্নবদি, তোং হাইবা অসি পিকশিল্লি অমসুং শোয়ি; কনাগুবা মখুং বাংনা খাজংপা লখোইবা অমগী বাংনা খাজংলিবা মখুং অদু উরগা খংবা ঙমই।

ঐখোইনা লেংদানা লৈরিগৈ অদুদদি, মিনিট খুদিংদা মুংশাশোয় তরা তক্লোম হোন্দোক হোজিল তৌই। তৌইগুমসুং চেনবা মতমদদি, অদুদগী য়ামা হেন্না ঐখোইগী মুংশাশোয় অসি কুইনা কুইনা হোন্দোক হোজিল তৌই; অমসুং মরম অদুনা খবোঙিদা খোইদোকনা য়ামা কুংশিং চংই। অমসুং খবোঙিদা মুংশিং য়ামা চংবা মরমা হকচাংগী ঊমু খোইদোক্লা শেংই। চেনবা মতমদা খবোইমু য়ামা খুক খুক লাওই; অমসুং মরম অদুনা হকচাংগী মকম পুরকক্লা ঊ য়ামা চংই; অমসুং ঊ য়ামা চংগ্রবদি, হকচাংগী মকম পুরুক খোইদোক্লা

লোই। হকচাং ফনবা চেনবা চোংবনা শাজেন তৌবদগী কাঙবা মঙাং অমা ফংই। খুনা চংপা অমসুং থবক য়াম্না তৌবা মতমদা হকচাংগা হয়াং থোকই। উনশাগী মসুংদগী থোরক্লিবা হকচাংগী ষ্টেশিং অফুমক হয়াংনি। হয়াং অদুগা লোইননা হকচাং মসুংদগী থাদোকপা, অমসুং কত্তহোদিবা নত্থি হংঙাইবা পোং অদু থোরকই, অমসুং মরম অদুনা, হয়াং শৌরগা হকচাং থোইদোকনা লেংই। হকচাং কন্নবা হাইদুনা চেনবা চোংবনচিংবা হকচাংগী শাজেন তৌরবদি, য়াম্না চাবসু ঙমই, অমসুং চাথিবা অদুসু নিংথিনসু তুমই।

মতিক ওকপা চেনবা চোংবনচিংবা শাজেন তৌরগা, হকচাং পুম্নমক্কা পাঙ্গল কন্নবা ওই। হকচাং ফনবা চেনবা চোংবনচিংবা শাজেন অসি তৌদ্রবদি, মী হাইবা অসি হেক তম্লি; অমসুং কল্লিসু লৈত্রবা ঙাইহক্কং শুরসা লোইঁগদবা থবক অদু, তৌগদবা য়েনা অরাবনি হাইনা মপুক্কা নিংই। অতনবা মী হাইবা অসিদি মহাকমকসু য়াম্না নংই, অমসুং মীগীসু কল্লিগুম্বা অমতা মতেং পাংবা ঙমদে।

---

২। হকচাং ফনবা চেনবা শাজেন তৌবা
থোওইদবগী য়ারম।

২৭। লৈপাক পুম্নমক্কা লৈবা অঙাং অপিপিশক পুম্নমক শান্নবা হাইবা অসি পামই। শান্নরবদি মথোইগী হকচাং অদু য়াম্না ৈক। হকং হন্না চেন্দুনা শান্নরবসু, খোংগাওবি শান্নরবসু, অমসুং অতৈ কল্লিগুম্বা মশান্না অমা শান্নরবসু খোং খুং অসি য়াম্না কল্লকই। লাও থেবা অমসুং লাওনা নোকপদসু অঙাংশিংগী মশা কবা হেনগৎলি।

কনা কনাগুম্বা অঙাংনা শান্নবগীদমক্তা লাইরিক তম্বা থোওইদে। অদুগী কনা কনাগুম্বা অঙাংনা থোইদোকনা য়াংনা শান্নবা কংবা

য়াওই। লৈপাক অসিগী লাইব্রিকতক্ষমশং অয়াম্বদদি অঙাংশিংবু মতম য়াম্না কিনা থিংজনা থমই, অমসুং লেংজান্না ফমহন্দুনা থমই। লাইব্রিকতক্ষমশংদদি অঙাংশিংবু কয়ি কয়িগুম্বদা কমহন্দুনা থনগদবা ওই, অমসুং কয়ি কয়িগুম্বদসু লেপহন্দুনা থমগদবা ওই।

বিদ্যা (মহৈ) পুম্নমক শুনা তক্ষমশংগী (বিশ্ববিদ্যালয়গী) লাইব্রিকপুম্নমক অদু তমজনা, মহৈগী চাং য়েংহনগে হাইজনা, কন্না তম্লিবা পাথংশিং অদুনা, চেনবা চোংবনচিংবা হকচাং কনবগী শাজেন তৌবা বাংপা মরম্না থোইদোকনা অয়াবা অনাবা থাংজনা লৈ। মথোই অদুগী মরক্তা অয়াম্বনা মতম পুম্নক্তা লাইব্রিক তমজনদা মতম লেনবনা চুমই হাইনা নিংই। তেংইগুম্বসুং মাদুদি অয়ানবানি। মিস্ত্রিনা (উস্তবনা) কয়িগুম্বা মতমদা মাগী পুংশু পুংলাই অদু ফেংগদবা ওই। ফেংলবদি, মাগী থবক্তা শুদোং মথোকই। থোপ হাংবা অসি পুক্রংগী পুংলাইগী মথক্কি। হকচাং ফনবগী চেনবা চোংবনচিংবা শাজেন তৌবনা থোপ্তা ঙৈ য়াম্না তিন্দুনা, থোপ্না থোইদোক্না পাঙ্গল কঁম্লি। হকচাং ফনবা থজিওং শাজেন তৌদবনা, লাইব্রিক তম্বা নিপামচা য়াম্না নাজনা, মথোইগী মহৈগী চাং য়েংলমদাইদা (পরীক্ষা তৌরমদাইদা) কায়কপা ঙমদবসু য়াওই। মতৌ অসুম তৌবা মী য়াম্না মপুনশি চুপ্পা শোন্দুনা অমসুং নাহুনা লৈ। হুমিং তাররমদাইদা, নিংথিনা অমুক্তং থোংগাপ্রবি শাগ্নরবদি, হকচাংগী য়াম্না কাম্লে। মুপী মচাশিংদদি থোরি তিংজনা চোংজনা শানবনা য়াম্না কৈ।

ক্রেবাণীশিংদি হুমিং চুপ্পা কমজনা ইজনা লৈ। মরম অমিনা লাইব্রিক তম্বা নিপামচাশিংগুম্না মথোইসু হকচাং কম্নবা চেনবা চোংবনচিংবা শাজেন তৌগদবা ওই। তৌইগুম্বসুং পুন্না চাক

য়াওদানা অমসুং চাক চাবা হেক লোইরগা হকচাং কম্ববা হাইহুনা, চেনবা ৎোংবনচিংবা হকচাংগী শাক্সেন ত্তোবা হোনদে।

---

# ৭। তুম্বগী ৱারম।

## ১। তুম্বনা কান্নবা।

২৮। তুম্বা নত্তনা থবাই হিংবা ঙমদে। মন্নম অসিনা থাইনদি, কনাগুম্বা অমবু থোইদোক্লা অন্নাবা পিদুনা হাৎকদবা লৈন্নবদি মাগু তুমহন্দে।

মুংথিনা থবকথনা শুন্নবদি, অহিংদদি ঐথোইদি ৱাহুনা পোথাই। মতম অদুদাদ হকচাং অমসুং পুকনিং অনিমক্কী পোথাগদবা ওই। কান্নগুম্বা থবক অমা হেক তৌবদা হকচাংগী মন্নেং থন্না তাথি। মন্নেং তাথিবা অদু, তুম্বদা মহৌশানা হাঞ্জিন্নে। কান্নগুম্বা শুহা অমদগী ইশিং অদু নোংমা মুমিং চুপ্পা শোক্লবদি মন্নেং তাথি। তোইশুমসুং অহিংদদি শুহা অদু ইশিং অমুক হেনগৎলি। মতৌ অদুগুম্না মুংথিন্দা থবকথনা শুহুনা ৱান্নবদা, অহিংদা নিংথিনা তুম্নবদি ঐথোই মনুং নোংমা অদুগী অয়ুক্তদি অমুক ইনৌনৌনা হিংলকপগুম্না হৌগৎলি। পাঙ্গল বনগে অমসুং হকচাং মনুং শেংগে হাইনা নিংলবদি, তুম্বা ওক্লা তুমগদবা ওই।

---

## ২। তুম্বগী হিন্নম তাকপা।

লাইরবা মীনা করি করিগুম্বদা থজিক্লা মতুমই, অমসুং ইনাক-খুন্নবা মীনা মতম য়াম্না কিনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈ। চহি য়াম্লবা মীসুদি

অঙাং ওইবশিংনা য়াম্না তূষনা কাৰৈ। অঙাং য়াম্না পিক্লিবশিং অহুদি অহিং সুংথিনগী মঙ্গুংদা মতম য়াম্না তূষহুনা লৈবনা কাৰৈ। চহি তরানিথোই গুরবা নিপামচা সুগীমচাশিং অহুগীদি পুং মাপন মদম তূষনা ওফই; অমসুং চহি য়াল্লবা মীশিং অহুগীদি পুং তরেং মদম তূষনা ওফই। অহুগা কনা কনাগীনা হেন্না অমসুং কনা কনাগীনা থজিক্কুং তূষনা ওকপহু লৈ। অহিং হাইবা অসি তূমগী থোইদোকপা মতমনি। অহিং পুং তরাগী মঙ্গুংদা তূমগনি অমসুং অয়ুক ঙন্না ফমুংদগী হৌগৎকনি।

ঙন্না তূম্নগা ঙন্না হৌগৎকনি, অহুদদা নাদবা মুংঙাইবা ইনাক খুনবা সে শিংশিংবা ওইগনি। নোংমা মুমিং চুপ্পা অমা নোম্বা হাইবা অসি, অহিংদা নিংথিনা তূম্নবগী থোইদোকনা, পাঙ্গল অফবা অমনি।

২৯। পুক থন্না চারে হাইরগা, হেক হিপ্পা অফবা নত্তে।—মাহু তৌরবদি নিংথিনা তূমফ য়াদে, অমসুং ফত্তবা মং মংই। করিননো হাইবদু, পুক্কী চাখি থকখিবা তুম্বা থাও (থিবোং) অহুগী থবক অহু থোইদোক্না য়াম্না তৌহুনা লৈ, অহুগা থোপ্না নিংথিনা লেংদানা লৈবা কাই। মং হাইবা অসিদি অরেম্বা মচি লৈতবা ওইদা ওইদবা পান্নম তৌহুনা ঙাংনবমক্তনি, করিমু লৈবা পোৎ নত্তে। মাগী করিগুম্বা থান্নিংঙাই মরোল লৈতে। মাসিদি থৌওইদবা লৌদবমক্তনা চুমই। থোপ অহু নিংথিনা লেংদানা লৈত্রবদি মং মংই।

লৈপাক মথক্তা হিপ্লবুদি কাংথোক্না হিপ্পনা ফে। করিগুম্বা অমা তৌহুনা লৈপাক্তা হিপ্তবা ঙম্লবদি তৌ। লৈপাকনা কংলবা, অমসুং দেশ অহুনা অক্সম হৌত্রবদি, লৈপাক্তা হিপ্লগা ফত্তবা তৌদবসু য়াই। তৌইঙমসুং লৈপাক অহুনা চোংলবা অমসুং লৈনিন

কারবদি, কৃরি করিগুম্বদা হকচাংগী করি করিগুম্বা মকমদা লান্না নাই, অমস্নুং লাইন্না অতৈনা নাই। অরোম হাইবা অসি হেনবা মুংশিং অত্থু লৈপাক্তা য়াম্না নক্না লৈ। মরম অতুনা, য়াম্না নেমবা কাংথোন অমস্নুং হিদান্দা হিপ্লবস্নু, মুংশিং অত্থুনা হকচাংদা অমুক ঙৈবা ফংদে। লিনগী মাং অসি অহিংদদি মচিপ্পাক থিবা কোইনা কোইনা চংলি। মরম অসিনা লৈপাক মথক্তা তুম্লবদি, লিননা চিকপস্নু য়াই। কাংথোন, হিদান লৈত্রবদি, অমস্নুং লেপাক অত্থুনা লৈলিন কারবদি, ই অমস্নুং অকংবা উনাশিংনা থাদনা, মাহুগী মথক্তা হিপ্পা হৌনৈ।

কাম্বা মোল্লচিংবা ম্বুনা থম্বা হৌনৈ। অমোংপা ফত্তবা পোং কাম্বা মোন্দা পক্তুনা লৈরবদি ফত্তে।

৩০। অহিংদদি মুংশিং অশেংবা হাইবা অসি থোইদোকনা য়াম্না চংই।—থোংলুক ইথিং থিংবা য়ুমদা তুম্বা য়াম্না ফত্তে। য়ুমগী হিরম পাম্নকপদা অসিগী হিরম হাইরক্কনি। মী অয়াম্বনা মকোক্তা ফীনা য়েত্তুনা তুমই। অসুম তৌবা অসি অফবা নত্তে। অসুম তৌরবদি, মুংশিং অশেংবা চাং কাইদানা চংবা ঙমদে।

ওলাংথাদদি লৈপাক অসিদা করি করিগুম্বা মফমদা মীনা অহাংবা মফমদা হিগুন্না তুমই; অমস্নুং মাহুদা মথোইগী ফত্তা লাক্তবস্নু তৌদবা য়াই। তৌইগুম্বস্নুং লিক্লা তাম্নক্লবা মতম অহুদদি, অসুম তৌরবদি অক্কম হৌই। মরম অসিনা লিক্লা তাম্নক্লবা মতম অহুদদি, কোকথক্তা করিগুম্বা অমনা কুপকদবা ওই।

হিপ্পদা হকচাংগী মথক্তা মুংশিং শিংপা! মফম অহুদদি, হিগুনা ফুল্লোইদবা ওই। অদুগুম্বা মফমদা তুম্লবদি, হকচাংদা মুংশিং

মতৌ, হকচাংগী মৈশা ময়ে কই। অমসুং হকচাংগী মৈশা মৰং তাথৰদি নাগনি। অহুম হেন্নবক্লবা অমসুং পুকচৎনবক্লবা মতম অদুদি, অহিংদদি হকচাংগী মৈশা অসি চৎহন্দবনা (ওমহুনা থৰনা) থোইদোকনা কাগ্নে।

---

# ৮। অফবা য়ুমগী ৱারম।

৩১। লৈনবা য়ুম অদুদা, অমসুং য়ুমগী মনৈথা লুখানচিংবা মাইকৈ মৰিমক্তা মওং মতে অদুদা হকচাং মমুং শেংননবগী মৰম অসি অয়াম্বা পুই। লাইরবা মীশিংগীদি য়ুমগী অফবা ফত্তবা ৱাগল তৌনবা অসিগী পাঙ্গল লৈতে। মথেৎইগী মপাঙ্গলা শাজবা ওয়া য়ুম অদুতদা মরৈবা তাই। অদুমকপু অয়াম্বা য়ুমদি হকচাং ফননবগী-দমক থৱদংদদি শেমগদবা ওই।

## ১। য়ুম শানবা মফম।

কোমগুম্না ইশিং তুংহুনা লৈগদবা মফম অদুদদি, য়ুম শাবা হোনদে।—য়ুম শাননবগী মফম অতোংবা ফংলি মথৈ লৌশিনগনি। পাখি কোমথি ওইবা মনাক্তী মফম অদুদি থাদোক্কনি। উনা শিংনা উপাল ৱাপাল অপুম্বদগী পোক্লকপা ফত্তবা মুংশিং অদু, অরুম্ব হোনবগী মরু ওইবা হিরম অমনি। তুরেল অমসুং পুখ্রিগী মনাক্তা য়ুম শাবা ফত্তে। অকংবা মফমদা য়ুম শারবস্থ য়ুম্ফম অদু লৈপাক্কী কুট অনি অহুম ৱাংনা থোঙ্গৎলে হাইরগা মাদুগী মথক্তা শাবা হোনৈ। অদুম তৌরবদি, নোংজুথাদা য়ুমদা ইশিং চংলকপা ওমদে, অমসুং য়ুম অদু লৈনিন কাদে। লৈনিন কাবা মফমদা লৈরবদি মতম লৈবা খিৰিক্তা নাই। লাইরবা মীশিংস্থ মহাক মহাক্তী য়ুম্ফম

অদু য়াংনা থোক্নুনা শাবা ওমই। মুমথক্তি চ্লোং তারকপদা ইলাই-লাইনা চেক্তখিবা ওয়বা ওহন্না শাগদবা ওই। মুংশিৎনা ইমুংদা অপনবা লৈতনা হৗরৎ হন্দা চৎপা ওয়নবা মতৌ অমুম তৌনা, মুম পুন্নমক শাবা হৌনৈ। অথুবা খোইন্দ্রিং পোইদাংবা লৈরক অসি হকচাং ফননবগী মরমদা য়াম্না ফত্তে। মফম অমতদা মুম য়াম্না খোইদোক্না কুংশিন্না শাবস্থ হৌবদে।

অহোংবনি হাইদুনা মীনা কয়ি কুয়িগুম্বদা ফত্তবা মফমদা মুম শাদুনা লৈ। তৌইগুম্বসুং মতুংদদি ইংখোল পুন্নমক অদু য়াম্না মমন তাংলৈ। মরমদি, মাইকৈ অমরোমদা শেল থজিক্কুং চংবা অতুগী মতিক, মাইকৈ অমরোমদা অনাবগী মরমদা যাম্না মাংলৈ। লৈনিন কাবা মুমদা লৈবা হাইবা অসি, কয়ামুক ফত্তবা, মাদু বারি অসি তম্লগা থংবা ওমগনি।

৩২। লৈনিন কাবা মুম অমগী বারি।—নোংমা মুমিং অমদা মুপী অমনা কয়িগুম্বা অথাপ্পা মফম অমদা মহাক্কী মনাওগা উনগে হাইদুনা চংলুই। চৎখিদুনা মনাওবু নখোই থ্বাইমক কয়া পাম্লিবগে হাইদুনা হংলুই। মনাও অদুনা খুম্নকই, ইচে। মুম অসিদা লাকপদগী হৌদুনা, কম্বা ওহোকপা ফত্তবা দোশা অমা চংলে। মনাওস্থ কম্না নাবনা চথোক কোইখোকপস্থ ওমদ্রি। ঐহাকমকস্থ হৌজিকমক লোক থুংই। হাকুমদি ঐখোই পুন্নমক অরুম হৌরমই, অমসুং অরুম অদুদা ঐখোইগী থবাইগা চপমান্নরবা ইচা অনি শিখ্রে। থংদ্রে, কয়ি মরম্নো, মুম অসিদা লাকহৌদগী হৌনা, ঐখোই পুন্নমক অমুপকী মতিক অবাবা নংলিবা অসিনি। ঐখোই পুন্নমক য়াম্না ফত্তবা খেনফমদা মুম অসিদা লাক্লমাল্লে।

তুপী অহনা থুগ্নকই : য়েংউ, ইবেমা ! মাসি নংগী নরাইবক্কী দোষ নত্তে ; নরৌশিংগী দোষনি। পাখি কোমথিগী মনাক্তা য়ুম শাহনা, নৈনিন কাবা য়ুম অসিদা লৈবা মরম্না নখোইনা অসুপ অরাবা নংলিবনি। নখোইনা মফম অসিদা লৈরিবা তুমিং অহুপকী মথৈ, মতৌ অসুম তৌনা অরাবা মনংলগনি?

মনাও অহনা হাইরকই, অওইবমক ইচে নং অহুম্না নিংব্রা ? নংগী বা অসিনা অওইবমক্তা ওইরবদি, এখোই হয়েংমক য়ুম অসি দেক থাদোক্লগে। তৌইগুম্বসুং থাদোক্নুনা করি তৌগদগে ? মনংদো হাইহুনা লাইবক্তা মতম্লরবদা, মফম অমদা চত্তুনসু মাহুদসু মনংবা হাইবা অহু মওই।

লৌশিং শিংলবী তুপী অহনা রারম অসিগী পাওংম থুগ্নকই, মফম পুন্নমকমক্তা য়াইথিবা থোক্তনি হাইবা, অদুদি করিসু চিংনবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং, অহু হাইহনা, নরৌশিংনা য়াইথিনবা শেম্দি হৌনদে। হকচাং ফনবা চাবশেংনবগী মরমদা মতিক ওকপা যত্ন তৌদবগী মরম্না, নখোইগী অসুপ চুদোংথবা অসি থোক্লরিবনি।

মতৌ অসুম তৌনা বাম্না খেমহনা নৈহনা, তুপী অহনা মনাও অহুবু অফবা যুম্ফম অমদা হোংহন্দুনা পুহনা চৎখ্রে। মফম অদুদা মনাও অহ মচা মরাগা লোইননা থোইদোকনা হকচাং ফংগী তুংঙাইবা ফংহনা পানখি।

---

## ২। য়ুমদা তুংশিৎ চংহনবা।

৩৩। য়ুম হাইবা অসিদা তুংশিৎ অদোংবনা ইহানহানবদা থোইদোক্না কাগৈ।—হকচাং ফনবগী মরমদা মাসি য়াম্না কাগৈ।

কাদোকশংদা অমসুং শিকাই লৈনবা য়ুম ( বাগ্নিক ) পুম্নমক অতুদি, মী পুদিংগী মকম কয়া মরূমদা লৈরগা, মহাক্কী মশা ফনা লৈগদবে কাইবা, মাহুগী চ্যেকশিন্না ওন্দুনা পাই*। ঙমবদি, মী পুদিংগী মথুংদা ফুট ৮ অমসুং মকেদা ফুট ৬ অসিনা খোকপা বর্গফুট ৪৮ অসিগী মকম লৈবা হৌনৈ। মকম অমতদা মী য়াম্না লৈবা হৌনদে। তুংশিং অশেংবা য়াম্না মরাং কাইনা ফংবা মকম অতুদা লেহুনা মীনা হিংনব অতুদগী, মিয়াম তিংহুনা লৈবা মকম অতুগী মীনা মাহুগী মপুদোশ শাহবোক্তা পুনশি।

মকম কয়া মরূম্না মী পুদিংগী ওকপা, মাহু লেপকনবা ওইরবদি, করম্বা মকমদা তুংশিং কয়া য়াম্না শিংপা, মাহু রাখল তেংহুনা তৌবা হৌনৈ। তুংশিং চংহুনা য়াম্না শিংপা য়ুম নাদা অমগা, অতুগা তুংশিং শিঞ্জবা য়ুম অচৌবা অমগা, অমা অসি ওইরবদি অচৌবা য়ুম অতুদুদি নুম মচা অতুনা হকচাং ফবা লেহনগনি। লৈনবা শঙোইগী ফক্লাংদা অহোবা লৈবা, অমসুং য়ুমথক্তা অহোবা লৈবা, মাংগী মরক্তা মুংশংনা অংনবা লেতনা চংনকই অমসুং খোকদি।

*ঘন হাইবা অমা, অমসুং বর্গ হাইবা অমা, ওন্নবা মথল অনি লৈ। মকেগা অমসুং অৱাংবগনা ময়ুংবু পুন্নিয়ে হাইরগা ঘনগী খোক্নবা চাং অতু ফংই। মাতুদি মযুংদা ফুট ১০ শাংবা, মকেদা ফুট ১০ পাকপা, অমসুং মথক্রোমদা ফুট ১০ ৱাংবা য়ুম অতুগী ঘনগী চাংদি ঘন ফুট ১০০০ লিশিং অমনি। মযুংগা অমসুং মকেগা পুন্নিরগা, বর্গগী খোক্নবা চাং অতু ফংই। মযুংদা ফুট ১০ শাংবা, মকেদা ফুট ১০ পাকপা, য়ুম অতুগী বর্গগী চাংদি ফুট ১০০ চামনি। বন্দি খুদিংবু ঘনফুট ৬৪৮ অসিনা খোকপা মকম পি। লেপাক খুদিংগী শিকাইবু বর্গফুট ৭২ অসিনা খোকপা মকম পি। দেশগী বন্দিশিংবু বর্গফুট ৩৬ অসিনা খোকপা মকম পি। তৌইগুমসুং মখোইনা লৈবা য়ুম পুম্নমক অতু য়াম্না ৱাংই, অমসুং মাহুনা তুংশিং চংনবগী লাম য়াম্না লে।

অমু কৈবা, মোকনা শাবা য়ুমতদা সুংশিং অশেংবা বাংলি হাইবা অসি য়াম্না থংবা ওয়ই। অনিশুবা য়ুম অয়াবদি থোইদোক্লদি য়াম্বানা পিক্লবা পিক্লবা মিহুখোং লৈ। অমম্বুং মিহুখোং পুম্নমক অহু অহিংদদি য়াম্না চোকশিন্না থিংহুনা থময়। অহুগা করি করিগুম্বা য়ুমনা মিহুখোং হাইবা অসি ইকৈকৈতে। অপ্না খোংদাও অমতা যরৈ। তুমা মতমদদি হাইরিবা য়ুম পুম্নমক অসিগী সুংশিত্তি য়াম্না কংজকে। অহুম ওইবা সুংশিং ফত্তবা অহু খোক্নবা মতিক ওকপা লখি লৈতবনা, ইমুং মনুংদা অতমক মরৈরে।

তুমনবা য়ুম অত্রদা, লৈপাক অসিগী মথল মথা অয়াবা ইমুংগী পোং পুম্নমক, অতদগী হেন্দোকপা চাক য়েনসাং খোংননবা চহু ইবান য়োনা থম্নরিবা লিচৎ অহু, থোইদোকনা ফত্তবগী মশকনি। অসুম তৌরবদি, তুমবা য়ুমগী সুংশিং অশেংবগী চাং অহু য়াম্না বাংলি।

৩৪ মী কৈনবা য়ুম পুম্নমক অহুদা, কত্তবা সুংশিং অমম্বুং মৈথু খোকখিনবা উতোং হক্রুবদি, অমম্বুং করি'ম্বা লবেল অথা লৈত্রবদি, মাহুদা মৈ থাবা হৌনদে। থবাই পাম্বা দৌবশিংনা সুংশিং কংহল্লবা অহুওম্না থাওমৈনসু কংহন্নে।

তুমবা য়ুম অমম্বুং মেঠোপ খুদিংদা মাং তুং ওইনা অনিমক্তা মিহুখোং অনিদদি ফাংপা হৌনৈ। অহু ওইগ্নদি, সুংশিংনা য়াম্না নিংথিনা চখোক চংশিন তৌবা ওয়ই। অপ্না মাইকৈ অমতদা মিহুখোং পাম্নবহু সুংশিং অপনবা লৈতনা চখোক চংশিন তৌবা ওয়দে।

মৈদগী মৈথু কাথৎপা অহুওম্না, হোন্দোকখিবা সুংশিং অহুসু মথক লোমদা কাথৎলি। অমম্বুং হোন্দোকখিবা সুংশিং অহু খোকখিনবা য়ুমথক মনাক্তা অহোবা থবা হৌনৈ। মিহুখোং লৈরবদি, তৌখিবা থৌথৌ অসি পাংবা ওয়ই। উপাকথোং ময়াদা

মুংশিং থরা থরা চংই। উপাক থোংগী মথাদা মখুল মচা মচা লৈরবদি, মুংশিং অহুদগী হেঃ। শাকপা ঙমই।

ইমুংগী মুংশিং অসি কবিগুম্বদা ফত্র হাইবা অসি, ইমুংদা লৈবা মীনা অয়াম্বা মতমদা থংবা ঙমদে। আফিং য়াম্না চারবদা, মীনা ইশি শিনা ফুমদুনা তুম্বা হৌদবগুম্না, মুংশাগোর চিংশিনবগা লোইননা কারবোনিক এসিড্‌ হাইবা মনিন অসি চিংশিনবা মথেইশিং অহুম নিংশিংবা লৈতনা তুমই। মপান্দগী কনাগুম্বা অমনা, ইমুংদা চংলক্ল-বদা, ইমুং মনুংদা মুংশিং অশেংবা থোইদোক্লা মরাং কাইনা লৈ লৈতে হাইব অসি, মানা হাইবা ঙমই। ইমুং মনুংদা হেক চংসকপগা, লৈহিং মনম নম্নবদি ইমুংগী মুংশিং অহু ফত্রে হাইনা থংগনি।

মুগী নহাশিংগী য়ুমদি চাওনা চাওনা শাবা হৌনৈ, অমসুং মাহুগী মনুংদা থোইদোকনা মবাং কাইনা মুংশিং অমসুং মঙাল চংহনগদবা ওই।

---

## ৩। য়ুম শেংদোকনবগী য়ারম।

৩২। চহিদা অনিরক্তং গুম্বনা য়ুম তৈথোকপা হৌনৈ। গুম্বনা ফত্রহৌদিবা দোস য়াম্না কোকহম্মি। লৈপাকী ফক্লাং অমসু টমংদি চয়োল অমদা অমুক্তং লৈনাংনা তৈথোকপা য়াই। তৌই-গুমসুং লৈনাং অহুদি শঙ্গি য়ানবা হৌনদে। অকংবা অমোংপবুদি অচাংপা অমোংপনা য়াম্না হেন্না ফত্তে। য়ুম কৈরমচিংবা অসি য়াম্না চ্যেকশিন্না ঙমজিংনা শিংদোক্লুনা শেংদোকপা হৌদৈ। তেইগুমসুং মুখিং খুদিং তৈথোরবদি, মাহু লৈনিম কাই, অমসুং হকচাং ফংলক্কে।

## ৪। য়ুমগী ফত্তহৌদিবা লংশেকপা।

লক্ষোই মকু, অমসুং অতৈ অতৈ ফত্তহৌদিবা পোৎ লংশেকপা অসি, য়ুমগী মনাক্তা লংশেকপা হৌনদে। ফত্তহৌদি লংশেকপা পোৎ অসিনা য়াম্না লাপ্না পুথোকপা-ঙমগনবদি, মচিল খুবৰা চক্ষু অমদা মাহ্ থমজিন্নবসু ফত্তবা নত্তে। নোংমা হুমিৎ চুপ্পা অমা চক্ষু অসিদা ফত্তহৌদিবা পোং লংশেকপা পুন্নমক থম্বা য়াই, অমসুং মচুং নোংমা অসিদা ফত্তহৌদি অসি লংশেকপা য়াই। করি করিগুম্বা সহর-দদি হৌজিক্তি গাড়িদা ফত্তহৌদিবা লংশেকপা পোং অসি থোমজিন্দে। হাপ্তুনা পুত্থনা চৎলি। অসুম তৌদবা মফম অদুদদি, য়ুমদগী হৌনা লাপ্না কোম মমুংদা ফত্তহৌদিবা পোৎ পুন্নমক অসু চুহ্বা হৌনি। ফত্তহৌদি লংশেকপা পোৎ অসিনা লাপ্না লৈবিবা অসুপকীমচেং ফত্তবা থৱা মৱাংনি। তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা থোঙাল মনাক-মক্তদা কোম তৌরগা, মাংগী মচুংদা ফত্তহৌদিবা লংশেকপা অসি হটেম্ব, অমসুং মফম অদুদা লংশেকপা ফত্তহৌদিবা অসি পুমথুনা লেং। থৱদং লাপ্না চত্তুনা, ফত্তহৌদবা পোৎ অসি লংশেকপদা য়াগদবা অসি য়ানিংদত্থনা, মথোইনা মতৌ অসুম তৌনা তেই। অসুম ওইবা লংশেকপা ফত্তহৌদিবা পোৎ পুন্নমক অসুগী নমথিবা মনম অসু চিংশিনবা অসিদা, মথোইগী অনুক অবাবা অমসুং হুদো-পিংবা হাইনা নিংদে। তৌইগুম্বসুং নমথিবা মনম অসিনা মথোইগী ফত্তবা তৌদে হাইবদি নত্তে।

চাকথোংশংগী হৈশিং (থুক্রান) ভুংহনবা হৌনদে। ভুংহন্নবদি

অমাংবগী মথক্তা লৈপাক অকংবা থক্তিক্তং চাইরবদি, মাগী মমথিবা মনম অদু থুনা হেক মাংখি। ফীনা ইশিং চুপশিল্লবা অদুগুম্না, লৈপাকসু মীওইবগা লুগা চপমান্নবা পোৎ অদু চুপশিল্লি।

কল্লি করিগুম্বা লৈপাক্তা, লৌউবা মীশিংনা হায় ওইনমবা হাইদুনা, অমাংবা হাইবা অসি য়াম্না লুনা তৌই। লৈপাক অসিগী প্রজাশিংনা মতম অম্রাদদা মরুমরাং হুম্বা লৌবুক্তা শদ্দি চাই। তৌইগুম্বসুং মীগী অমাংবা অসিদি শোকহৈদবনি হাইবা, অদুম ওইবা অঙকপা মরম অসিনা, লৈপাক অসিগী অয়াম্বা লৌউবশিংনা, মাদু হায় ওইনদে। তৌইগুম্বসুং অমাংবা হাইবা অসিনা হুমহী মনাক্তা চাদুনা লৈরবদা, মখোইগী থোইদোক্লা ফত্তে হাইবা অসি মখোইনা খংদে। কারণনো হাইবদু, মখোইনা অমসুং মখোইগী মচু মচাশিংনা অমাংবা অদুগী মনম নমথিবা অদু নমদুনা লৈবা তাই। তৌইগুম্বসুং থারগী মশক ওইনা তৌনরবদি, লৈপাক্তা য়াম্না থোংনখিদুনা মাগী দোষ পুম্নমক অদুদু কোঁকখি, অমসুং লৌবুক্তী মরুমরাংসু য়াম্না ফে।

অকংবা ফত্তহৌদিবা লংশেকপদি মৈন্না থাদোকপা হৌরৈ। থাদোক্লে হাইরগা, উৎ অদুনা য়াম্না ফবা হায় ওই, অমসুং লৈপাক্তা তৌবগুম্বা নমথিবা মনমসু কোকই।

---

## ৫। য়ুমগী মাইকৈ মরিমক্কী ৱাফম।

৩৬। কয়িগুম্বা য়ুম অমগী মাইকৈ মরিমক্তা য়ুম অতৈ অতৈনা চপ্পুনা লৈহোইদবা ওই। য়ুম অতৈ অতৈনা অপানবমচিংবা য়ুম অদুনা চংদুনা মখোনা মতৌ অদুম তৌনা লৈবা হৌমদে। উদুম

থম্না লাংনবা, উপাল থম্নদং থম্না হৌনৈ। তৌইশুবস্থুং হুংশিং হেক খিংবা য়ানা উপাল অদুপ য়াম্না হৌবস্থু অফবা নত্তে। য়ুমগী মনাক্তা মোংশোং মচা মচা লৈহনবা হৌনদে। ডুদগী কেমকপা উনা·পুম্নমক অদু মৈদা থাদোকপা হৌনৈ, অদু নত্রগা লাপ্না কোম অমা তৌরগা, মাহুদা শিদ্দোক্তুনা লংশেকপা হৌনৈ।

লৈননবা য়ুমদা শল, শগোল অমস্তুং হমেং থম্না হৌনদে। মথোইনা মচুংশাশোয় হোন্দোক হোঙ্গিনবা অমস্তুং মথি মযুং অদুনা হুংশিং য়াম্না ফত্তে। মথোইবু য়ুম মনাক্তা থম্নবদি, অদুদদি মথোইগী শনথি শনযুংনচিংবা শেংবগী মরমদা থোওইদবা য়াদ্রে। শঙ্গোল হাইবা অসিদি য়ুমদগী থুদুপ চনি ওইরবস্থু লাপ্না শাগদবা ওই।

লৈপাক হাইবা অসি ওন্নবদি মাদুগী মথক্তা ইশিং তুংবা ওমদে, থ্ৰূমা চেম্বথি। তৌইশুবস্থুং লৈপাক অদুনা কুংলবদি, নোংগী ইশিং অদু মাদুগী মথক্তা তুংহুনা লৈ। অমস্তুং ইশিংনা তুংহুনা লৈরবদি, মফম অদু লৈনিন কায়কই, অমস্তুং ইংলকই। অদুগা হুংশা শায়ক্লগা অদুগুম্বা কোম মচা মচা অদু কংবদি কংখি হাইমবু, তৌইশুবস্থুং মাদুদা ফত্তহৌদিবা পুমহুনা লৈহৌরিবা পুম্নমক অদুদগী, য়াম্না থুদোংথিবগী মশক ওইবা, অমসুং ফত্তবা মনম কাথৎলকই। মরম অসিনা অহাংবা মফম পুম্নমক্তা ইশিং তুংহুনা লৈম্রিবা অদু হুঙ্গিনবা হৌনৈ। নোংজু ধাগী ইশিং চেম্বথিনবা ইশৎ থম্না হৌনৈ, অমস্তুং ইশৎ পুম্নমক অত্ত কাঁয় কয়িগুম্বা মতমদা অমুক অমুক শোংদোকপা হৌনৈ।

পাখি কোমথি লৈবা লম অসি অঙ্গম হৌনবগী [illegible] ওইবা, মরমনি পাখি কোমথিগুম্বা লমগী ফত্তবা মাংনদগী মরমদা ইশিং শিজ্জোকপা ঙমা, অমস্তুং মাদুদা নৌ চিনবা অমা অসি নত্তনা,

অতৈ অফবা পাঙ্গল অমা থোইদোকপা লৈতে। তৌইগুবসুং পাঙ্গল অনি অসিগী মরক্তা করিগুম্বা অমতসু তৌবা য়াত্রবা মফম অদুদি, ইশিং লৈবা মফম, অদুগা য়ুমনচিংবা লৈবা অদুগী মরক্তা য়াম্না কুংনা উপাল পরেং অমা থারবসু ম্যালেরিয়া হাইবা পাথি কোমথিগী মনিল্লগী পোক্লকপা অরম জাৎ অসিনা খুদুম চনবদগী ঙাকপা ঙমসু য়াই।

---

# ৯।—সহর অমসুং লবাইগী খুল লুপনা থম্মনবগী ৱারম।

৩৭। ভারতবর্ষগী সহর অয়াম্বদা হৌজিক সহরগী থবক পুন্নমক ত্তৌননবা হাইদুনা, মিউনিসিপালগী থবক তৌবা লৈ, অমসুং লবাইগী অয়াম্বা খুন্দা চৌকিদার লৈ। মীগী হকচাং ফহন্নবা অসি, কদাইদা ফনা লৈগবা হাইবা অসিগী পাদ্বৈগী লাকনবা হাইবা অসি, মখোইগী মরূ ওইবা মথৌ অমনি। মাসিমক্তা মখোইগী মক ওইবা মথৌ অমা ওইবা য়াই। ইনাকখুনবশিং অদুনসু মখোইগী য়াইফনবগী দমক অনংবা মীবু মখোইনা য়েংবিগদবা ওই। খুঙ্গং অমগী মফম অমদা মৈ চাক্লক্লবদা, মৈ অদুনা খুঙ্গং পুন্নমক্তা শিন্থুংনা চাকপসু য়াই; করিগুম্বা লাইরবা অমগী হকচাং ফত্তনবগী মশক ওইবা য়ুমদগী করিগুম্বা লাইনা অমা নাবক্লবদা, লাইনা অদুসু মতৌ অদু-ঙুনা খুঙ্গং পুন্নমক্তা শিন্থুংবা য়াই।

সহরদা লৈরিবা পুন্নমক অদুগী মরক্তা মী খুদিংমক মহাক মহাকী য়ুম ওমাংনচিংবা শেংনা কনা থম্নবদি, সহর পুন্নমক অদু ইলাই

"হৈনা অমসুং থূনা শেংবা ওমই, করিগুম্বা পাঙ্গল অতৈনদি অহুণ্ডরা নদে। তৌইগুম্বসুং সহর অহু শেংনা থুনা থমগে হাইরবদি, হরদা তারিবশিং অহুনা তৌবা ওমংবা অসিগুম্বা থবক কয়া মরম, লহরগী মঙ ওইনা মিৎয়েং চংলিবশিং অহুনা তৌগদবা ওই।

কেথেল অচৌবা অমসুং মচাদা মিৎয়েং চংগদবা ওই। ফত্রবা মহৈ মরোং পুন্নমক, অমসুং অপুম্বা য়েনসাং নাপি, শা য়োম-হনবা হৌনদে।

অফবা থকনবা ঈশিং ফংননবা মাহগী পাঙ্গল তৌবিবা হৌনৈ। পুখ্রি অমসুং মাহুগী মাইকৈ মরিমক্তা লৈরিবা লৈপাক অহু শেংনা থূনা থমগদবা ওই।

হকচাংদগী থোকখিবা ফত্তহৌদিবা পোৎ, চাকশংগী থুজায়-চিংবা হাইবা অসি ঈশংকী ফত্তহৌদিবা অমোৎপা হাইনা কৌই। বিলাতুদি থুমগী ঈশংকী ফত্তহৌদিবা অমোংপা অহু উত্তোং মচুংদা চেহ্খিত্রনা, অচৌ অচৌবা ঈশত্তা থাকয়গা লাপ্না চেহ্থি। কলি-কাতাগী কয়ি করিগুম্বা মফমদা অমুম ওইবা হিমম অসি তৌনবর রাওয়ে। তৌইগুম্বসুং মাসিদি শেল য়াম্না তিংই, অমসুং ভারতবর্ষগী মফম অয়াম্বদা ঈশং শেংদোকনবা ঈশিংসু থোইদোকনা মরাং কাইনা ফংনদে। অফবা লৈপাকনা শাবা উত্তোংদি শেল য়ায়া তিংদে। মরম অসিনা লৈপাকী উত্তোংনা তৌনরবদি, ভারতবর্ষগী সহর অতৈ কয়া মক্তমদসু ঈশংকী ফত্তহৌদিবা চেহ্ননবগী পাথৈ ওইবা য়াই। তৌইগুম্বসুং হৌজিকমক্তি পাঙ্গল অতৈ অমা তৌগদবা ওই।

৩৮। মতিক ওকপা মকমদা সমকারগী অমাংশং শাবিনা হৌনৈ, অমসুং অমাংশং পুন্নমক অহু শেংনা থূনা থমগদবা ওই।

লৈপাক অকংবা চাইরবদি, মনম নমথিবা অহু কোকনি। অমসুং অমাংবা অহু মুমিং খুদিংগী শেংদোক্তুনা, খুদংবগী থরা লাপ্লা অহাংবা মকমদা ফুমজিন্দুনা লংশেকনি।

লমেলগী ফজ্জহৌদিবা ওমজিংনা শিংচনবা পোং অহু মিংখিনা পুনশিন্নে হাইরগা, থরা লাপ্লা পুখোকখিহুনা, মৈদা খালোকপা হোনৈ, অহু নত্রগা শঙোল শংদা লংশেকপা হৌনৈ। মুংশিংনা মহৌশানা শিংলকপা মাইকৈরোমদা কজ্জহৌদি লংশেকপা পোং অহু থবা হৌনদে।

নোংগী ইশিং চেহুখিনবা ইশং থবা হৌনৈ। ইশং অহু কয় ওমনা থিংত্রবদি, অমসুং ব্রত্রবদি, মাহু লাইনা শেংদোকপা য়াই। সহরদদি চোক্কী ইশং শেম্বা হৌনৈ, অহু নত্রবদি লৈপাক্তা ইশিং তুংগনি। ইশংকী ইশিংনচিংবা তারে হাইরগা, থকনবা ইশং কংলোইনবা ওইরবদি, মফম অহুদদি ইশংকী ইশিংনচিংবা তাহনবা হৌনদে।

মুংশিংনা অপনবা লৈতনা হজংহন্না কোইশিংশিংপা ওরবা য়ামরবদি, খোইদ্রিং খোইত্রাংবা লমেল অহু চুম্না শেমগদবা ওই। অহাংবা ওমাং অমসুং লৈকোন্নচিংবা আস খোইদোকনা কাম্ব।

সহরগী বাংমদা, অহু নত্রগা মী য়াম্না হজংহন্না চংমনবা মকম অহুদা মুচি অমসুং ফী মচুশংবশিংবু মহাক মহাক্কী থবক তৌহনগদবা ওই। শা য়োনফম অহু তম্ন তম্ননা থবা হৌনৈ।

চাননবা হাংপা নত্তবা শা পুম্নমক অহুগী অশিবা মশা অহুদি, পুরক্তিৈভবা থয়া লাপ্লা পুখোকখিহুনা ফুমজিনবা হৌনৈ। মীগী মশী মনাক্তা অশিবা ফুন্দম, অমসুং পোংলোইকম (লোংকম)-গী

চাবা অহুঙ্গা চাদানা, চনাংগুবা অমম্বুং কন্নিগুবা অন্নাংবা চিন্নাক চাহনা লৈবা হৌনৈ। অস্তুম তৌম্নবদি, অনাবা অহু কৈ।

"অমা পোথাবা অমম্বুং হকচাংমচি ওইবা হিলাক চাবা থকপা লিংথিবা তোয়না অহুবু কান্নিগী কন্তগন্নবা লৈবগে?"

---

## ২। অনাবগী সেবা।

৪০। মতিক ওকপা সেবা তৌবিবা য়াৎপনা অয়াম্বা অনাবা শি। অনাবগী সেবা তৌনবগী মন্নমদা কন্না মরূমদং তাক্লক্লি। মুংশিৎনা মতম লৈবা খিবিক্তা শেংনা বনা অমম্বুং নৌনা লৈননবা, ইতত্তানা মাতুগী হোৎনহুনা লৈগনি। তৌইগুমম্বুং তান্নক্রবদি, হাইবিবা অসিবুদি শরুক অনি হেন্না তৌবা হৌনৈ। মন্নমদি অনাবা মী অহুগী হকচাংমগী মান্না থোইদোকনা কত্তবা পোৎ থোন্নকই। লৈপাক অসিদদি কন্নি কন্নিগুবা মতমদা অনাবা মীবু পিক্লবা য়ুম মচা অমদা থিংজিন্নুনা থমজিন্নি। অমম্বুং য়ুম অহুদা মী মান্না চংবা মন্নমা য়ুমগী মুংশিৎ অহু হেন্না কংখিত্রে। মাম্নদা অনাবা মী অহুগীশু হেন্না কংখিত্রে, অমম্বুং অনাবগী মনাক্তা লাক্লিবা মথোইশিং অহুগীশু কত্তে।

ভন্ন ভন্ননা থন্নবগী মন্নমদা মান্না চ্যেকশিন্না মিৎয়েং চংগদবা ওই। নমথি হংত্তাইবা পোকপা অহ্ন, খিন্নানা মকম অমদা পুথোকখিবা হৌনৈ। অমম্বুং অনাবা অহুনা থোইদোকনা কত্ত্রবদি, মুহু শাবা ইশিংদা কী চোৎলে হাইন্নগা, মাগী হকচাং হুমিৎ থুদিংগী ভন্না ভন্না তৈথোক মাহোকপিগদবা ওই।

চাবগী মন্নমদা মান্না চ্যেকশিনবা হৌনৈ। অহাল্লবদা অমুক অনিমক চাক চাবা খিংলবদি কৈ। তৌইগুমম্বুং অহু তৌহুনহু অনাবা হল্লবদি, অমুক চন্নাহেন্দহন্নুনা হকচাং শোন হনবা হৌনজে; অনাবা

হাইবা অসিদি মতম অয়াবদা চানবমা শি। তোইগুবসুং অনাবনা য়াম্না শোয়বদি, মাবু চনাংঙবা য়াম্না য়াংবা চিঙাক পিজবা হোৌনৈ। অমসুং মাবু অযুক্সদা য়াম্না পিজবসু হোৌনদে। থজিক থবিকুং ওইন য়াম্না তোউনা পিজবা হোৌনৈ।

অনাবগী মনাক্তা নিনথোংবা হোৌনদে, অমসুং অনাবগী মকথদা অথুবা যাহৈনা ঙাংবা হোৌনৈ। অনাবা মাংনা মীথোল অমসুং নিন-থোংবা তাবগা য়াম্না থোইম্নাং থোইশাওই। মরম অসিনা মথোইনা নিংথিনা তপ্না লৈবা, অমসুং মনিংথবা তৌনা তুম্বা ঙবা মাহুগী পাহৈ লাকনবিবা হোৌনৈ। মথোই অহুবু অথুবা বাহৈ হাইগনি, অমসুং মথোইগী পুকনিং হয়াওনবা লাকনগনি।

---

# ৩। অঙাংশিংনা নাবগী বারম।

৪১। থাওমৈ অচৌববুদি থাওমৈ মচানা হুংশিনভদি শুনা মুথাংদা মতৌ অহঙুম্না থহন ওইবা মীশিংগীদি করিম্নু শোকপা ঙমদবা মকম অহুদা, অঙাং মচা মচাশিংদি অয়াবা মকমদা অহুমকনা হেক মদি। থাইদগী হেম্না অঙাংশিংগীনা হুংশিং অশেংবা, ইশিং অয়বা, হকচাং কয়বা অকবা চিঙাক, অমসুং নুম্না লৈবা হাইবা অসিনা থোইদোকনা কাম্নৈ।

শঙ্গোম হাইবা অসি অঙাং মচাশিংগী চিঙাক পুম্নমক্তগী থোই-দোকনা হেম্না ফবা চিঙাকনি। তোইগুবসুং মমা হোৌবকপগী মতুংদদি চনাংঙম্না, অথোংপা চাক, অমসুং অতৈ অতৈ চিঙাক অয়াংবা পোৎ মথং মথং পিজবসু য়াই। মমা হোৌমখ্রবৈদা থোইম্নোকনা চেকশিনদা লাকমুগদবা ওই। মতম অহুমদি মথোইবু হুংশা হুংশিং শগাক

লিংথিনা থংনদ্রি। পাথি কোমথিগুম্বা ইশিং থুবা লৈপাক্তা, চিংখোংদা অশোংবা নারক লৈবা উবা অদু অমসুং লৈঙোই ঙাক্তা ঙাইবা লৈহাও লৈতবা মফমগী মথাদা অতোংপা লৈপাক পুম্নমক অদুদা, অদুম ওইবা হু অসি চংখোম্না পোকই। কম্রিগুম্বা মফম অমদা উরি উনানচিংবা পুম্নগা, মফম অদুনা কংগমদাইদা ম্যালেরিয়া হাইবা অসি পোকপা য়াই।* ম্যালেরিয়া হাইবা অসি লৈচিং জাং অমনি হাইনা খল্লে। লৈচিল অদু মুঙশিত্তা তাওদুনা লৈ, অমসুং মাদু মুংশিত্তগী থম্বা লুমই। নোংজু থাগী মথৈদা, মুংশানা লৈপাক কংশন্নকপা মতম অদুদদি, মাদুগী চাং য়াম্না থোইদোকনা হেল্লি। অহিংদদি মাদু থোইদোকনা য়াম্না খুদোংথিনবগী মওক ওই। মাদু ইশিংগা য়ান্ননা লৈ, অমসুং ইশিংগা য়ান্নরবদি, ইনাইগাইনা মীগী হকচাংদা চংই।

মতম অমদা বিলাংকো কম্রি কম্রিগুম্বা মফমদা অদুম অনিকপনা য়াম্না কনা হোনরমই। মতুং অদুদা, পাথি কোমথিগুম্বা ইশিং থুম্বা মফমগী ইশিং চেনখিনবা অমসুং অফবা থকনব। ইশিং লোকনবগী পাঙ্গল তোরবদদি, অদুম অদু উথিদ্রে। হাইরিবা পাঙ্গল অনি অমা তোরবদি, লৈপাক আসগীহ কান্নগনি, চিংনফম লতে। অদুম হোরবদি, অনাবা মী অদুগী মপাঙ্গল য়োকননবগী থৱাগীদমক, মাদু অয়াংবা অমসুং হকচাং নোইনবা চিঙ্গাক পিজবা হোনৈ। অদুম হেবা ফর হাইরগা, অযুক ঙন্নাদা অমসুং মতম কিনা অহৈংবা ইশিংদা ইরুজবদি, অদুক হুন্নিন্দুনা অদুম মহৌই।

* হৌজিক ডাক্তার সাহেবশিংনা ম্যালেরিয়া হাইবা অসিদু য়াম্না মুম্না থাগৎ তৌনরি। হাকুম মচাইনা কাংগী জাং অমনা চিকপা অদুদা, ম্যালেরিয়াগী হু অদু মীগী মশাদা চংদুনা, অদুম য়াম্না লৈহল্লি হাইনা খেংথোকই। কাংগী জাং অসিদু মাংহনবা থৌরাং তৌরি।

৪৩। হৌজিক ফাওবা অসিদা অরূমগী হিদাক হাইছুনা থংনৱিবা পুম্নমক অসিগী মতুংদা, কুইনিন কৌবা অংঙ্কবা মকুপ অসিনা খাইদগী ইহেনহেন্না মফরে। মাত্তুদি উ অাং অমগী মকুদগী শেট্নে। কুইনিন হাইবা অসি য়াম্না মমন তাংই। তৌই-গুম্বসুং শেন্নক্লিবা উকু অতুগী পাম্বি অহু, গবর্নমেণ্টনা লৈপাক অসিদা থাহল্লে। মরম অসিনা উপাগ অতুদগী মতুংদদি য়াম্না থোইদোক হেন্দোকনা ফবা কুইনিন মমন য়াম্না হোংনা ফংলগনি।

অকম হৌবা ওমদনবগীদমক মথাদা ইন্নিবা হেনবী পুম্নমক অসি ওন্দবা ওই। য়ুমদা মুংশা অমসুং মুংশিং চংবা ওমদবা, মতৌ অহুম তৌনা উ-বা অতপ য়াম্না বুমগী মাইকৈ মরিমক্তা হোহনবা হৌনদে। ফত্তহোদিবা অমোংপা পুম্নমক মফম অমদা পুথোকখিবা হৌনৈ, অমসুং য়ুমগী ওমাংমচিংবগী ইশিং চেঙখিনবা মাঙগী পাঙল তৌহনা, ওমাং অহু কংনা থম্বা হৌনৈ। ইশিংগী মরমদা চ্যোকশিনবা হৌনৈ। ইশিং অফবা কংদ্রবদি, ইশিং অহু চুমথোক্কনা অমসুং চুমথোক্কনা থকনা চানবদা তৌগদবা ওই।

অকম হৌনরক্রবা মতম অতদদি, থজিক্তং চাদানা অয়ুক্তা মফম অমদা চংথোকনু, অমসুং অফবা চিঙ্গাক থোইদোকনা মরাং কাইনা চাও। হকচাংদা মুংশা, উগ, অমসুং অহিংগী মুংশিং য়েংহনগনু; অমসুং হকচাং য়াম্না অৱাবা ফাওবা অহুংম্বা ৎবক তৌগনু। অহাংবা মফমদা (লক্সাংদা) হিপ্পনা তুমগনু। মতম অতৈদগী হেন্না অরূম্বা ফী ইন্নু। থোইদোকপা অমসুং অহিংগী মতমদদি লুম্না লৈয়ু। অমসুং মথক্কী য়ুমদা হিপউ। মথক্কী য়ুম

লৈত্রবদি, হিলাগ ওইরদবু অপা খাংবাগ ওইরবস্থ মাহুগী মথক্তা হিপউ।

থ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা ফত্তবগী মশক ওইবা অক্সম্বা পোক্লকপগী মরমদা থকনবা ইশিংগা লোতননা, অমস্থং ভুংশাশোর হোঙ্খিনবনা য়াম্না পিক্লবা অমাংবগা মকুপ হকচাং মহুংদা চংলবদি, হাইরিবা অসিগুম্বা অক্সম হেক হাইনা অস্থম্না থরৈ। অমাংবগী ইশত্তগী অমাংবগী লৈরিক অচু চুমথিজনা, গুহাগী ইশিংগা য়াটম্নে, অমস্থং ভুংশিংনা অমাংবগী লৈরিক অচু মাইকৈ পুন্নমক্তা কোইহুম-হুমই। বা'অসি শুকনিংদা নিংশিংলুবরস্থ অকৌবা পোকই, অমস্থং ঘ্রানা নাম্না লৈবা অসি, কয়া কাউরবা হাইবা অহুস্থ মাসিমক্তগী থংবা ওমই।

---

# ৫। ইতোল ফাইবা অমস্থং শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবা।

৪৪। হকচাংগী মচি ওইদবা চিক্লাক চারবদি, থোইদোক হেন্দোকনা চারবদি, অমস্থং ফত্তবা ইশিং থক্লবদি ইতোল ফাই। অহিংবা অমস্থং অশাবা বংহৈদানা পাইবক্তা হেক ওন্নবা থোক্লবাদি, অমস্থং শেংনবা ফারোনচিংবা হেক হাংনা অমস্থং হেন্না শেংলবস্থ ইতোল ফাই। শেংদানা নিংথিনা হিগুনা লৈরবদি, চনাং নওনা অতৈ কন্নিস্থ চাত্রবদি, ইতোল ফাইবদি হেক মথকথি।

শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবা হাইবা অসিস্থ পুক্কী অনাবা অমনি। মাহু ইতোলবদি হেন্না কল্লি। শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবা হাইবা

অসি তৌরবদি, চনিংবা য়েকই, অমত্তুং অমাংবদা জৈ অমতুং তোঙ্লাও রাগি। ইতোন কাইরা অমত্তুং শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবা য়ানি অসিগী মরম পাংথকনি। ম্যালেরিয়া হাইবা অসিসু শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবগী মরম অমনি হাইনা অয়াম্বনা থাজনৈ। শুগত্তুনা য়েক্তুনী মাংবা হাইবা অনাবা অসিদি অমুপকী মতিক লায়েংবদা থুখি অমত্তুং থুদোংথিবগী মশকনি, মাত্তুনা হেক নায়ক্লবদা, থিঙ্গানা মাইবা অচৈবা অমবু লায়েংহনগদবা ওই। অমত্তুং অনাবা করবা মতুংদসু অনাবা অদু অমুক হঞ্জিনবা ঙমদনবা চোকশিনবা হৌনৈ।

অরম হৌবা ঙমদনবা পাঙ্গল পুন্নমক অদু তৌরবদি, ইতোন কাইবা অমত্তুং শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংবা অসিসু তৌবা ঙমদে। চিঙ্লাকী মরমদা থোইদোকনা চোকশিনবা হৌনৈ। অশংবা অমত্তুং য়াম্না মুয়বা উচৈ মাচৈ, অশংবা য়েনসাং, থোংবা লৌথবা অমসুং খাইবোক মুন্দানা থেংবা চিঙ্লাক চাগনু। থোইদোক হেন্দোকনা চাগনু, থোইদোকপা অমহিকসুং অহিংগী মতমদসু হকচাং মুয়া থমগনি। সুংশিৎ মরমদা হিগত্তুনা তুমকয়োই। তুম্নমদাইদা পুক্কা সুংশিং য়ৈরবদি য়াম্না ফত্তে। নিংথম কাপি (থক) চৈনবা মতমদা য়াম্না চোকশিন্না লৈগনি। য়াম্না শারবসু অমসুং য়াম্না ইংগবসু শুগত্তুনা য়েক্তুনা মাংহনা নাবা য়াই।

---

## ৬। পুকচংপা।

৪৫। মাসি য়াম্না শিগনবা অনাবান। মী অনিনা অনাবা অসি তৌরবদা মথোই অনিগী গরক্তা অমদি মশি। ম্যালেরিয়াগুনা অনাবা

অসিগী মরমস্থ চংখোল্লা থংবা ওয়দ্রি। তৌ.ইগুবন্দুং পাঙ্গল পুন্নমক অদু তৌরগা, অনাবা অসি মফম খিবিকা খুতুম চনবা ওমগনি হাইবা অদুদি থংলে।

মুংশিত্তা মশিং য়ামখ্রবা পিক্ল পিক্লবা উপী মরু লৈ। মুংশিংনা মরু পুন্নমক অদু কোতছমহমতুনা পুতনা চংলি। মরু পুন্নমক অদু অদোংপা অমদুং মফম চাবা লৌফমদা তাররাদ, মরু অদু মৱোল চোংই তে ইগুবমুং লৌফম চাত্রবদি মৱোল চোংদে। অহৈ অহৈবা মাইবশিংনা, লৈপাক্তা উপাল থাবা য়াবা অদুগুম্না য়াম্না পিক্ল পিক্লবা মকনা এখোইগী হকচাংদস্থ কদ্রি করিগুম্বা থাবা ৰাই হাইনা অমুম্না য়াথল তৌনৈ। লাইখোকপনা নাবা হকচাংদগী মতৌ অগুম তোনা মশিং য়াম্না কুপ্লবা মরু মাইকৈ পুন্নমক্তা মুংশিংনা হুমহুনা পুই।

শেংনা লুনা লৈত্রবদি, হকচাং মমুং ফত্তবা চিঙ্গাক চাররদি, অহিংগী মুংশিংনা হকচাংদা য়ৈরবদি, অমমুং করিগুম্বা অমা তৌহুনা হকচাং শোল্লবদি, অস্নম ওইবা শিগনবা মরু পুন্নমক অসি ইলাই লাইনা হকচাংদা চংদুনা ফত্তনবা তৌবা য়াই। অমমুং শেংনা লুনা লৈরবদি, অফবা চিঙ্গাক চাররদি, অরুম্বা ফী শেংলবদি, অমমুং হকচাং কন্না লৈরবদি, মরু পুন্নমক অদু হকচাংদা চংদুনা ফত্তনবা তৌবা ওমদে।

পুকচংপা হাইবা অনাবা অসিগী হুগী মশকমক ওইরবা মরু অদুগী শরুক অয়াম্বদি কংফাল্লা অমমুং ইশিংদা লৈদুনা, মাইকৈ পুন্নমক্তা কোইপাইপাইদুনা চংলি। পুকচংপামীগী অমাংবা অদুনা কারিগুম্বা অমা তৌদুনা, গুহাগী ইশিংদা তাখিবা খোক্লবদি, ইশিং অদু থক্লবা মগোই অদুগ্ন পুকচত্তুনা নাই। মী কয়া মরুম্না করিগুম্বা খোইদোকপা গুহা অমগী ইশিং চানা থকনরমই, অমমুং গুপ্পা মী

পুন্নমক অত্নমক্তা পুকচন্নবা নাবা উখি। গুহা অত্নগী ইশিং চানা থকনদবা মখোই অত্ন'দ পুকচত্নবা নাদে।

পুকচংনরক্লবা মতম অত্নদদি, য়ুম পুন্নমক ব্রাই তৈথোকপা হৌনৈ, নানবা ব্রুবগী মরমদা থোইদোকনা মিয়েং চংগদবা ওই অমসুং থক্লমদাইগী, থোংলমদাইগী মমাংদা ইশিং লুমথোক্নবা ইংহনবা অমসুং ভুদ্নবদি, চুমথোকপা য়াম্না কানৈ। পাঙ্গল অসিনা মফম খিবিক্তা পুকচংপগী মকুনা ফত্তনবা তৌবা ঙমদে। থোংবা লৌথিবা পোং চাফদে। মতম লৈবা খিবিত্তা অমহিকসু অহিংদা পুক্তা ফলাক্লিগী ফ না থরমথৈ য়েংশিন্দুনা থম্নবাদ য়াম্না ফ। মাইবনা হাইদ্রবদি, জুলাপ থাবা হৌনদে।

কীরবদি, অনাবা অসিনা য়াম্না নাগম্লি, মরম অসিনা আনাবা অ'স তোবা ঙমদননবা, মরম অত্নগীদমক মতিক ওকপা পাম্বি তৌ। থোইদোকপা অমহিকসুং থকননবা অমসুং থোংনরবা অফবা ইশিং ফংবা ঙম্নবা মাত্নগী পাম্বি লাকনো; অমসুং পরমেশ্বরদা শিন্নত্নুনা (নিংলত্নুনা) পুকনিংগী অকীবা থাদোক্কনি।

৪৬। পুকচংপা হাইবা অসি মহোশানা ইতোল ফাইবগী নাতাগুম্না হৌরকই। মাত্নগী মতুংদা থুনা ওরকই। অমসুং মাত্নগী মতুংদা থুংথোংদা উচিরাই কারকই। অহানবা হৌরকপদা চ্যেক-শিলহৌরবদি, অনাবা অসি মফম খিবিক্তা ফবসু মাই অহানবা হৌরকপদা মাত্নগী ফনবা তৌহৌদ্রবদি, মাত্ন অসুপকা মতিক হেনগংলকই, করিগুম্বা হিদাকনা করিসু কাংবা লেতে। অনাবা অসিনা নারক্লবা মতম অত্নদদি, মাসিগী করিগুম্বা হিদাক অমা য়ুমদা থোরাং তৌদুনা থমগনি; অমসুং কনাগুম্বা অমা মাসিনা হেক নারক্লবদি, খুদক অত্নমক্তদা মাঙোন্দা হিদাক অত্ন পিজগনি। অনাবা

মী অদু ফমুংদা তপ্পা লেংদানা নিংথিনা হিপহনগনি, অমসুং মাগী হকচাং অদু লুম্না থমগনি। মানু ইশিং অইংবা খরা খরা পিথক্লবদি কান্নবসু য়াই। থিন্নানা মাইবা অহৈবা অমা কৌহনগনি।

পুকচৎপা হাইবা অসিনা নারবা মী অদুগী অমাং অশোইদি, মাদুনা ইশিং অমসুং মুংশিং ফত্তনবা তৌবা ঙমদনবা লৈপাক্লা য়াম্না চোকশিন্না ফুমজিনগনি। অমসুং মাগী ফমুং ফারোন্নচিংবা মদা থাদোক্কনি, অদু নত্রগা কন্তক্কী মৈথুনা শেংদোক্কুনা ঙদোক্কনি। অনাবা অসিনা নাবা করিগুম্বা মী অদুগী মফম অদুমক য়ৌনা খুদোং থিবগী মশক ওই। মরম অসনা কনাগুম্বা অমগী অনাবা অসিনা নাবা যুম অদুমক য়ারবদি, মুমিৎ তম্নানিগীদদি থাদোকপা হৌনৈ। ইমুং অদুগী মথা অদু লৈপাক্কী ওইরবদি, মাদু তৌথোক্কুনা অনৌবা লৈপাক ওনবা হৌনৈ। অমসুং যুম অদুদা অমুক হোংজিল্লমদাইগী মমাংদা যুম খুদিংদা কন্তক থাদোকপা হৌনৈ।

লৈপাক অসিদা করি করিগুম্বা মফমদা পুকচৎপনা নাবা অসি অপংবা মশিংনা ভূত প্রেতনচিংবনা থোকহল্লিবানি হাইবা অপংবা য়াথন অসি তৌই। অমসুং ভূত প্রেত পুম্নমক অদুবু পেল্লনগে হাইবগী দমক, মথোইনা অহিং নোংশোহবা ইগ্নাংপনে অমসুং জগোইশাবা ইশৈ শকপনচিংবা তেডুনা লৈ। তেইগুম্বসুং অসুম তৌরবদি, অহিংগী মতমদা উম্না য়ৈত্তুনা অমসুং জগোইশাবা ইশৈ-শকপনচিংবগী য়াবনা লাইনা অদু থোইদোকনা হেনগৎলি হায়বা নানবা, হকচাং ফনবগী হৌনবী অমসুং ইশিং অফবগী মরমদা থোই-দোকনা মিৎয়েং চংদবগী মরম্না, পুকচৎপা হাইবা অনাবা অসি তৌই; ভূত প্রেতনা মাদুবু তৌহনবা নত্তে, করিননো হাইববু ভূত প্রেত

হাটবা অসিদি শুইপ্লবু লৈতে। রায়ম পুম্নমক অসি মতম লৈবা খিবিক্তা পুকনিংদা কাওরোইদবা ওই।

---

# ৭। লাইথোকপা।

৪৭। অনাবা অসি কয়াগী মতিক ফত্তে হাইবা অদু অমুক হাইখ্রে। লঙ্কাদ্বীপতদি মাসিবু "মহাব্যাধি" হাইনা কৌনৈ।

লাইনা অসি তৌবা ওমদনবা হাইদুনা, মমাংথৈদদি কনাগুম্বা লাইথোকপা মীগী হকচাংদগী নাই লৌদুনা, নাদবা মীগী বুনশা মমুংদা চংহল্লি। মাদুদা নাদবা মী অদুম্ব লাইথোকই, তৌইগুম্বস্নুং লাই অদুদি লাই চানমক্তা য়েংনবদদি মাদুনা থয়া অয়াইবগী মশক ওইনা থোকই, তৌইগুম্বস্নুং কয়ি কয়িগুম্বা মফমদা মাদুনা য়াম্না কল্লা থোক্লকপস্ন য়াওই, অমস্নুং অনাবা অদু শি। মরম অদুনা লাই-থোকপা হাইবা অনাবা অসি তত্তানা অস্নম থোক্তনা লৈ। অস্নম ওইবা হোনবী অসিবু লাইচুম্না টিকা থাবগী হোনবী হাইনা কৌই। অম্নম ওইবা হোনবা অসি হৌজিক্তি অস্নম্না থাদোকনখ্রে। লাই থোকপা হাইবা লাইনা অসি কোকননবগী দমক, ডাক্তার জেনর হাইবা অ । মা দগী হেন্না য়াম্না ফবা পাঙ্গল অমা শেম্লকই। মমাংথৈদা মাদুগী রায়ম থরদদি হাইখ্রে। মহাকনা অহানবদা শনগী লাই থোকপদগী নাই লৌদুনা, মাদুনা টিকা থানরমই, মরম অদুনা মহাকনা টিকা থাবগী মথা অদুবু শনগী নাইনা থাবা টিকা হাইনা কৌই। শনগী লাইথোক্লবদি লাই মওং অদু হোংদোকই। হোং-দোকই হাইবদি, শনগী লাইওং অদু মাগী লাইথংদগী থয়া তোপই; কয়ি কয়িগুম্বা মফমদা হৌজিকস্ন শনগী সাই হন্দোকপদগী নাই

লৌনৈ। তৌইগুম্বসুং নাই অদুগা অমসুং শনগী নাইনা টিকা থাবা মী অদুগী টিকা অদুদগী লোবা নাই অদুগা চপথান্ননা থবক্তা চান্ন। মরম অদুনা অন্সুম ওইবা নাই মথক অনি শুরকপা নাই আসনা থাই পুন্নমক চৎনরে।

মতিক ওকনা চেকশিনবা বাৎপা মরম্না, শনগী নাইনা থাবা টিকা অসি অন্নাপ্পা মতমদা মৈহ্ বান্দে। অমসুং মরম অদুনা অপংবা মীশিংনা শনগী নাইনা থাবা টিকা অসিদি করিসু কান্নবা নত্তে হাইনা মপুক্তা নিংই। শনগী নাইনা টিকা থাবনা করি করিগুম্বদা মহৈ য়াব্বা মাদুগী মরমদি টিকা থানবা নাই অদুনা ফত্তবা অমা, অদু নত্রগা টিকা থারবা মতুংদা পোকথোরক পা অদু লেগাইখিবা অমা অসিননি। পোকথোরকপা অদু মশিং অংম মরি শুহনগদবা ওই, অমসুং পোকথোকপা পুন্নমক অদু মুখং কয়ানি মকম লোইখোকহনবা হোনদে। শনগী নাইনা থাবা টিকা অসিদা অঙোংপশক ওইরিদ্রেদা অমুক, অদুগা চাওরক্লগা অমুক, অনিরক থাবা হেইন। হাইরিবা হৈন্নবা পুন্নমক অসি ভাক্লবাদ, লাইথোকপা হাইবা লাইনা অসি চংথোন্না কোকখিগনি।

৪৮। বুদ্ধি লৌশিং লৈরবা লৈপাকমচা ওইবগী লৈপাক পুন্নমক্তদি, হোৎজক শনগী নাইনা টিকা থানবগী লিচৎ অসি তে নরে। অমসুং মাদুগী মরক্তা করি করিগুম্বা লৈপাক্তা মচা পোক্লবা মতুংদা অরেপ্পা মতম অমগী মনুংদা, মপা মমা অদুবু মচাগী টিকা থানবগীদমক থুদুম চন্নৈ।

গবর্ণমেন্টনা লৈপাক অসিদা টিকা থাবা মী হাপ্নে। অমসুং কনাগুম্বা অমনা নিংলকপদা শেল তিংদানা টিকা অসি থাহনবা য়াই।

লৌশিং শিংবা মীদি গবর্ণমেণ্টনা শেম্খিল্লিবা মতৌ অসিগী মতুং ইন্না থবক তৌই। অমস্তুং মরম অতুনা মখোইগী মচা মশুশিং লাইথোকপা হাইবা লাইনা অসিনা নাবা ঙমদে। তোইগুম্বস্তুং অপংবা মীদি অস্তুম তৌরবদি, মখোইগী লাইথোকহনবগী মরূ ওইবী লাইরেম্মা শীতলা দেবীনা শাওগনি হাইনা মপুক্তা নিংই। মরম অতুমক্তনা মখোইনা গবর্ণমেণ্টনা ফনবা শেম্খিল্লিবা অতুগী মতুং ইন্না মচা মশুশিং অতু টিকা থাহন্দে। অমস্তুং মখোইগী মচা মশুশিং অতস্তু মরম অতুনা মফম খিবিক্তা শিবা তানবা ফাওবা হকচাং কান্নাত্তা শোইতুনা লৈ, অতু নত্রগা শি। তোইগুম্বস্তুং লাইথোকহনবগী মরূ ওইবী লাইরেম্মা শীতলা দেবীনা শাওগনি হাইতুনা, শনগী নাইনা টিকা থাদবা অস্বিু অচুম্বা বাখলনি হাইরবদি, লাইনা পুম্নমক আস পরমেশ্বরনা থারকপনি, পরমেশ্বরনা তুংদা শাওগনি হাইতুনা, করিগুম্বা অনাবা অমত্তা হিদাক থাদবা অতস্তু অচুম্বা বাখল ওইবা য়াই। লাইথোকপা হাইবা লাইনা অসি য়াম্না লৌনগল্লি। মরম অসিনা লাই অমুক থোকখ্রবা মখোইশিং অতুমক্তনা লাইথোকপা মীগী সেবা তৌগনি, অমস্তুং য়ুমগী মী অতৈদ য়ুম পাদোক্তুনা চংখন্না। অনাবা মা অতুগী য়ুমদা থোইদোকনা মরাং কাইনা অশেংবা মুংশিৎ চংহনবা হৌনৈ, অমস্তুং মানা শেংনা চানবা ফারোন পুম্নমক অমস্তুং হিপ্নবা ফমুং অতু মৈদা থাদোক্লবদি ফৈ। থাদোক্লোহ হাইরগা, চোকশিন্না কন্তক্তা মৈথুনা ফীরোন পুম্নমক অতুগী শোকনবদা শেনবা অনাবগী পাঙ্গল অতু কোকহন্দুনা, মাতু শুদোকপা হৌনৈ।

লাইথোকপা মীগী মনাক্তা চংবনা, মী পুম্নমক অসিমক য়াম্না চোকশিন্নবা উই। মরম অতুনা লাইথোকপা হাইবা লাইনা অসি শিন্দোক্লকই। মরম অসিদা চোকশিন্নরবদি, লাইথোকপা হাইবা

লাইনা অসি, য়ুম অমা অনিদদা মৈশিন্দুনা লৈবন্ন য়াই। তৌইশুম্বনুং মাদুগী শিন্দোকরকপগী থাম্নবগী ন্নমমদা শনগী নাইনা টিকা থাবা অসিনা থ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা অফবা পাঙ্গলনি।

---

# ৮। খংহৌদানা পাইরক্কা থোকপা।

৪৯। ইশিংদা তাবা—ইশিংদা তারবদি, মুংশিংনা ইশিং মমুংদা চংখিত্রনা থম্বোম্বিদা চংবা ঙমদে, মরম অদুনা ইশিংদা তারবাদ, মী শি।

ইশিংদা তাক্লরবা মীনা অমুক হন্না মুংশাশোর হোঙ্গিনবা ঙম্লবদি, মাদি শিদে।

মথাদা ইরিবা পাঙ্গল পুম্নমক অসি লৌরবদি, ইশিংদা তাবা মীগী মুংশাশোর অমুরক হন্না হোঙ্গিনবা ঙমই। মাদু দ অহানবদা মীগী মচিল মমুং অমসুং নাতোল মখুল অদু শেংদোকপিগনি। অদুগী মতুংদা মুংশিং চংহনবগীদমক মচিল অদু ফাগদোক্লে হাইরগা, মরৈ অদু তপ্না তপ্না চিংথোক্কনি। ঙকশমদা অমসুং থবাক্কা ফীনা কীবা লৈরবদি, মাদু লৌথোকপিগনি।

অনাবা অদুবু লোংথাক লোংনা হিপহনগনি, অমসুং মকোক্কা মরেংবানগা মোন মথক্কা ঙাহন্নে হাইরগা, খরা বাংলপ্না থমগনি। মাদুগী মতুংদা থম্বোম্বিদা মুংশাশং চংহনবা, অনাবা অদুগী খুনংদা পাইদুনা, মখুৎ অনি অদুনা মকোক মথক্কা থাংগংপদা লাক্কনা তিন্নদ্রিবামথৈ, থাংগত্রুনা লৈগনি; মিকুপ আনগী মতুংদা মখুৎ অনি অদু মিংথিনা খাদদুনা থবাক্কী নাক অনিদা কন্না চপশিন্দুনা পাইগনি। মিনিট খুদিংদা তরা মঙারক হন্না পুং অমা, অদুগা

কান্নবদি পুং অমসু হেন্না মতৌ অসুম্না ভোগনি। উচেক মতুনা খোৌরিদা তেংথোক্লবসু কাম্নৈ।

মুংশাশোয়না অমুক হন্না হোনবা হৌরক্লবা মতুংদা, ঈ অমুক শিন্দোকনবা, অমসুং হকচাংদা মৈশা লাকনবা, মাত্রুগীদমক অনাবা অতুগী হকচাং অত্নু নোইবিগনি, অমসুং অশাবা ফীনা কুপকনি। মরম অসিনা লৈঙোই অশাবগী ফীবুল অমসুং ইশিং অশাবা হানবা লিক্লি- (বোতল) না তৌনগনি।

অনাবা অতুনা অমুক য়োংপা ওন্নে হাইনা নিংলবদি, মাবু কাফি অশাবা অদ খবোই অমা ওইরবসু, অত্নু নত্রগা অশাবা ইশিংদ, আয়াক হাইবা যুগী জাং অত্নু য়ান্দুনা থকহনগনি।

ইশিংদা ভাকবা মতুংদা পুং অহুম ফাওবা হিংদানা শিরে হাইনা নিংথ্রবা, অত্রুগুম্বা মী য়াম্না লায়েংবা হৈবগী মগুন্না হিংখিবসু য়াওই।

৫০। থিঙ্গাইবা (হোগাইবা)। —থিঙ্গাইবা অতুনা য়াম্না লাওত্রবদি, মাত্নু চামথোক্তুনা ফীজেৎনা ওইরবসু অত্নু নত্রগা ফগী মলম থোম্লগা পুনশিন্নবদি হেক মকৈ। তৌইগুম্বসুং থিঙ্গাইবা মকম অতুদা উকুল, লৈখোয়চিংবা পক্লবদি, মাত্নুগী পিক্লবা মপান মচিল অতুদা লুম্বু লুম্বু শাবা ইশিং হৈত্নুনা, হান্না মাত্নু চামথোকনি। থিঙ্গাইবা মকম অতুদা হয়িং তোংদুনা, তীলচংবা গুমদনবগীদমক, মাত্নু নিংথিনা কুপ্তুনা থমগনি। করিগুম্বা হকচাংগী অশোকপা মকমদগী ঈ থোধকপা থকহনগে হাইরবদি, থিঙ্গাইবা মকম অতুগী মথক থংবরোমদা কীনবা অমনা কিশিনগনি, অমসুং থিঙ্গাইবা হকচাংগী মকম অত্নু য়াংনা থমগনি।

পোপ্পা।—শরু পোপ্পবদি, চৎথোল্লা লেংদানা হেক নিংথিনা মটৈন্নবদি অনাবা অদু কৈ। অশোকপা মফম অদুদা ফী য়েত্তুনা থম্বা য়াই, অমসুং অনাবা মী অদুগী মনিং মথা তৌনা অশাবা অমসুং অইংবা ইশিংনা ফী অদু চোৎহন্দুনা থবস্থ য়াই পোপ্পবা তাং অদুদি মুমিং থরদংদি শোল্লি। মরম অসিনা ফরবা মতুং অদুদস্থ চ্যেকশিন্না লৈবা হৌনৈ।

শরু লৈথোকপা।—করিগুম্বা শরু অমগী মতোল অদু মফমদগী থৈদোকথ্রবদি, শরু লৈথোকপা হাইনা কৌনৈ। শরু লৈথোক্লদি, হকচাংগী মতুপ অদুমা অপনবা লৈতানা লেংলাকপা ঙমদে, অমসুং মাদুগী মশকস্থ ওল্লি। শরু লৈথোক্লবদি, খুদক অদুক অদুমক্তদা মাইববু য়েংহনবা হৌনৈ।

শরু তেকখিবা।—করিগুম্বা হকচাংগী শরু তেকথ্রবদি, হকচাং অদুগী মওং অদু ওল্লি অমসুং অশোকপা মফম অদু লেংগাক্লবদি, অতেকপা শরু অদুগী মতোল পুম্নমক অদু অমগা অমগা থেংনদুনা, ক্রেক ক্রেক লাওই। শরু তেকথ্রবদি, খুদক অদুমক্তদা মাইবা য়েংহনবা হৌনৈ। অনাবা অদুবু হেক ঙল্লিবা মথৈ লেংদানা নিংথিনা থমগনি। লেংলাক্লবদি, অতেকপা শরু মতোল অদুনা থেত্তুনা, মসুংদা হকচাং শেদৎপস্থ য়াই।

থৌরি পনবা।—থৌরদা থজিক্তং পনবা লৈরবদি, খুদোনবিনা মাড় চিংথোক্তুনা লোথোকপা ঙমদ্রগা, পুকচুংদা তাথিনবা হোংনগনি। নঙ্গদা থোইদোকনা কম্না খুদুম্না শুরবস্থ অদু নত্রগা মাইদা ইশিং অইংবা চাইশিল্লবস্থ করি করিগুমবদা কান্নে।

৫০। চাকথেকপা।—কনাগুম্বা মুপী অমগী মফীদা মৈনা চাক্লবদি, মহাকনা কীদুনা, হকৎ হন্দা চেল্লোইদবা ওই। হকৎ হন্দা

তেম্মবদি, মৈ অহু অম্‌ক হেন্না চাকশিন্নক্কনি। মহাকনা লৈপাক্তা হিপ্তুনা থম্মো থম্মো ওমবদি, মৈ অহু মুৎখিগনি। ইশিংনা মনাক্তা লৈরবদি, মাহু য়াম্না কন্না হকচাংদা চাইশিনগনি হকচাংদা য়াম্না থাবা ফী অমনা ( কোমবোলগুম্বা ) কুপশিনবিরবস্থ মৈ অহু মুৎথিগনি।

থোইদোকনা চাক্রবদি, ইশিং অহংবদা ফী চোত্তুনা অচাকপা মফম অহুগী মথক্তা খুমজিন্দুনা হেক থম্লবস্থ মুৎথিগনি। বুনশা চাকথেকখিহুনা মাংখিদ্রবদি, ঘি অমস্থং থাও তৈম্নগা ফৈ। ইশিং হান্দবদি মাহু হন্নোকপা হৌনৈ, তৌইগুম্বস্থং শেদৎপদি হৌনদে। করিননো হাইববু ইশিং হানবগী বুনশা অহু লৈরবদি, মহুংগী বুনশা অচাংপা অহু থোইদোকনা নিংথিনা কুপ্পে। য়াম্না চাকথেকখ্রবদি, লাইয়ুংবা হৌনৈ।

লিননা চিকপনচিংবা।—হকাবা লিননা অমস্থং হুইনা থুৎথোংদা চিক্লবদি, অচিকপা মফম অহুগী মথক থম্না কানা, য়াম্না কন্না লাক-শিনবা ওইরবস্থ থৌরিনা ওইরবস্থ পুনশিনগনি। মাহু ওইরবদি, হু অহু হকচাংগী মফম অতৈদা কাবা ঙমদে। মাহুগী মতুংদা য়াফম অনি অহুনা চংবা অহুপকী মখৈ, মাহুগী মনিংথংবা অহু ফাওবা ককহত্তুনা হুক্কেক্কনি। অনাবা অহুনা অস্থুম্না তৌহন্দ্রগা, য়েত্তুম শ্রব ম ইক্তুনা ঙাংহনে হাইরগা, অশোকপা মফম অহুগী মহুংদা হিংজিনগনি। অহুগা ঈ য়াম্না থোকনবা অচিকপা মফম অহুদা ইশিং অশাবা হৈজিনগনি। অনাবা অহুবু মিনিট তম্নামঙাক্লম অশাবা ব্রাণ্ডি অমস্থং যু অতৈ ইশিংগা য়ান্দুনা থকহনগনি। অস্থুম ওইবা পাঙ্গল পুম্নমক অসি লৈতবা মফম অহুদদি, অশোকপা মফম অহু নিংথিনা চুপথোক্কনি। তৌইগুম্বস্থং চুপথোক্কদবা মী অহুগী মচিন্দা অমস্থং মচিবান্দা করিগুম্বা শোকপা লাকপা

লৈবা য়াদে *। কয়িননো হাইববু শোকপা লাকপা লৈয়বদি, মাহুগী মনুংদা ইলাইলাইনা হু অহু চংবা য়াই।

মাচল থোইনচিংবনা চিক্লবদি, অচিকপা মফম অহুদা ফীজেং অমা চুহি অপুম্বা (ছিয়কা) অমস্তুং থুম য়ানবা ইশিংদা চোংহল্লে হাইয়গা, থোম্লবদি অনাবা অহু হন্থখি। †

হুচাবা।—হু চাক্সয়বদি, ইহানহানবদা ওহন্দুনা হু অহু লোৌথোক্লনি ওহম্নবা অচৌবা থয়োই অমদা হঙ্গাম অচৌবগী মরু অমস্তুং থুম ইশিং অশাবদা হাপ্তুনা থকহনগনি। উচেক মতু অমগী অকুপ্পা মতু থংবা অতনা থৌম্বিদা শেংদোকপস্তু য়াই, অমস্তুং ইশিং অশাবা থয়দংস্তু পিথক্লনি।

আফিং অমস্তুং শগোলহিদাক মহৈ চায়বদি, য়াম্না ইশি শিনা তুমই। নয়ম অসিনা আফিং অমস্তুং শগোলহিদাক মহৈ চায়বদি, ওথোকহল্লগা, য়াম্না কুংবা কাফি থকহনগনি, অমস্তুং অনাবা অতবু অঙম্বা কাহুনা কুমহুনা চংহনগনি। পিথ্রাইগী কোলগী কোম্লিং হাইবা অসি হু জাং অমনি। হু অত পুক মনুংদা লেথ্রবদি, য়েংবগী মপাম অহু ইশিংদা য়ান্দুনা থকহনবস্তু য়াই। অমস্তুং য়েন্নম অত ফংদ্রবদি, শঙ্গোম অমস্তুং থাওনে অনিমক অসি অমতা ওইনা তিনশিন্নয়ে হাইয়গা, থকহনবস্তু য়াই। তৌইগুম্বস্তুং ওনবা হাইহুনা হাম্না মাহু তৌগনি।

---

* লিকয় এমনাই হাইনা কৌবা যাম্না অকবা হিদাক অমা লৈ। হিদাক অহুমক ফংবা থোক্লবদি হশিং থয়দা মবিক কুম্থ্রাদং য়ান্দুনা মিনিট তবা মঙকম থকহনগনি।

† ইপিকাকী পুলটিব হাইবা অসি থোইদোক হেন্দোকনা ফবা হিদাক অমনি।

# ৯। মাইবা (ডাক্তার) অমস্তুং অনাশংগী থারম।

৫২। মাইবা।—ঘড়িনা নিংথিনা চত্রবদি, ঐথোইনা কনাগুম্বা লৈফাইগী মী অমদা মাতু চুখিনু হাইত্নুনা হাইদে, শেমনবা কনাগুম্বা ঘড়ি শেম্বা অমদা পি। মতৌ অদুগুম্বা নারবদা অনাবা অহু য়েংননবা মাইবগী মনাক্তা চৎপা হৌনৈ, অপংবা মীগী মবা লৌবা হৌনদে। অপংবা মীগী মনাক্তা চৎলুররবদি, কনা অমনা বা অমা তাকনি, কনাগুম্বা অমনা বা অমা অমুক তাক্লক্কনি।

অনাবা লায়েংননবা অহৈবা মাইবগী মফমদা চংগনি। মত্র মত্রনা অনাবা ফহনগনি হাইবা, অমস্তুং ল্রা ল্রবা অনাবা ফহল্লে হাইত্নুনা নাপল তৌবা মাইবা গুর্মজংশিং অদুবুদি অনাবা য়েংহনগনু।

অহৈবা মাইবা ফংলবদি মাবু থাজৌ. অমস্তুং মানা তাকপা মতুং ইন্না চৎলু। মাইবা মথং মথং হোংগনু।

অনাবশংনচিংবা।—হৌজিক লৈপাক লৈপাক্কী মফম থুদিংদা হিদাকশং * অমস্তুং অনাবশং (হোস্‌পিটেল) লিংথৎলে। মফম অদুদা য়াম্না ফবা হিদাক থমই, অমস্তুং য়াম্না হৈবা মাইবনু থবক তৌহন্দুনা থমই।

অপংবা মী অয়াম্বনা অনাবশংদা চৎনিংদে। অনাবশংদা চৎলবদি, অনাবা মী অদু হেক খিশ হাইবা অসিগুম্বা মথোইগী মপুক্তা অঙকপা অমা লৈ। অনাবশংদা অনাবা মী ইশিংশিদে হাইবা অদুদি নত্তে।

---

* অনাবশিংবু হিদাক পিবা মফম।

তৌইগুবসুং শিবগী মরু ওইবা মরমদি অসিনি, মী ওইবা হাইবা অসিনা লায়েংবদা ফগনি হাইনা নিংবা পুকচেন পুম্নমক অহুনা মতোন লোমত্রিবা মথৈদি অনাবশংদা চত্তে।

মায়বদি মাইবা অহৈবা অমবু য়েংহনগনি, অমসুং মতম কুইনা তৌনানা হিদাক শংদা অমসুং অনাবশংদা চৎকনি। উপাল মচাদি লাইনা ফুক্তোকপা ঙমই, পাম্বি অচৌবদি লাইনা ফুক্তোকপা ঙমদে। অনাবসু মতৌ অহুগুম্না মচিংথৈদা য়েংহলহৌরবদি, ইলাইলাইনা অনা লাইকোকে। অহু নত্রবদি মাহুদগী অনা লাইকোকপা থন্না মচিন্নে।

অনাবা লাইয়েংবা হৌরক্লবদদি, মাইবনা অসুম হৌনৈ হাইনা তাকপা পুম্নমক অহুগী মতুং ইন্না চৎকনি। মাইবনা হিদাক তৌবা অহু, অনাবা অয়াম্বনা চাবা থকপা তৌদে, অমসুং মাইবনা মতৌ অসুম তৌনা চাবা থকপা হৌনৈ হাইবা অহুগী মতুং ইন্না তৌদে। অসুম তৌরবদি, অনাবনা ফত্তবা অসি ওন্থোকপা য়া নত্তে। তথক তথকনা মাইবা হেক হোংগনু অনাবা অয়াম্বনা মতম থরদং হিদাক লাংথক হেক চায়গা, মাইবা শুমজিৎপু মাইবা শাহনবা হৌই। অমসুং মাইবা শুমজিৎনা লায়েংবদা অনাবা য়ায়া চাওখত্তুনা, ফগদবা লৈরক্ত্রবা উরবা মতম অহুদদি, অমুক অনাবশংদা চৎলি।

---

# ১০। পোকপা অমসুং শিবগী কোর্বাক চনশিনবগী য়ারম।

৫৩। দেশদা পোক্লিবা অমসুং শিন্নিবা মথৈ গবর্ণমেণ্টনা হোজিক মাহুগী হিসাব থম্লি, অমসুং চহি তরাগী মন্থুংদা য়ায়া চ্যেক-শিন্না লৈপাকী মী মশিং থি। কন্নিগী দমক অমুম তৌন্নিবা হাইবা

অসি, অপংবা মীনা থংবা গুমদে।- মথোই অতূগী মরক্তা অয়াবনা অনৌবা কাঙ্গৎ পুহনগদবগী তৌরিবনি হাইনা নিংই। তৌইগুবসুং যাথুদি হত্তে। কাঙ্গৎকা মাগা করিগুম্বা অমতা ময়ী লৈতে। মাগী মায়া কায়বা লৈ। মপানা মচাগী মুংঙাইবা অমসুং হকচাং ফননবগী নিংহুনা লৈ। মচাশিংনা চাওরক্লহুনা, লৈপাক অতৈ অতৈদা চৎথ্রবা মতুংদা য়থোইনা মতম করমদা কয়া লৈরিবা হাইবা, থংনিংবগী ময়া মপানা মথোইবু চিঠী ইরকউ হাইহুনা হাই।

গবর্ণমেণ্টসু মতৌ অসুম্না কয়া মরুমদং তৌরি। নিংথৌ অফবা অতুদি, মহাক্না মহাক্কী প্রজাশিং অতুগী মপাগী মতম গুমই। মহাক্কী প্রজাশিংগী মশিংনা কোটি কোটি ওইথ্রবনি, মথোইগী মরক্তা কয়া পোক্লিবা, অমসুং কয়া শিরিবা হাইবা অসি, মহাক্কী থবক তৌবাশিংনা যাতুগী বায়ম অমা পিদ্রবদি, মহাক্কী প্রজাশিং অতু মুংঙাইনা লৈরিব্রা লেত্রবা হাইবা অতু, মহাক্না থংবা ঙমদে। পোকপগী মশিংনা অসুপ থোকপা হোনৈ হাইবা, অতুদগী হন্থ-থ্রবদি প্রজাশিং অতু মুংঙাইনা লেতে হাইনা থংগদবা ওই। অমসুং অশিবগী মশিংনা অসুপ থোকপা হোনৈ হাইবা, অতুদগী হেন্নবদি, হেনবগী মরম অতু থী, অমসুং ফননবা লাকনে। মচাশিং হিংহুনা লৈরিব্রা শিথ্রব্রা হাইবা অতু থংদ্রবা মপা অতুগী মতৌ অতুগুম্না, প্রজাশিংগী মরক্তা পোকপা অমসুং শিবগী মশিং অতু গবর্ণমেণ্টনা থংদ্রবদি, গবর্ণমেণ্ট অতুসু মতৌ অতুগুম্বনি। (গবর্ণমেণ্ট অতুনা প্রজাশিংগী উপকারগী মরমদা থজিক্তং তৌবা ঙমদে।

বিলাৎ লৈপাক্তা চহি কয়া মরমদগী হোৎনা পোকপা অমসুং শিবগী মশিং অতু, কোর্বাক চনশিন্দুনা য়ায়া কায়খ্রে। (মফম অতুদা লৈবা মীগী হকচাং ফননবগী মরমদা চাওথৎননবগীদমক

পাজল, ম্রা তৌনবা ওমখ্রে )। থাইনগী লাম্মী ( সিপাই ) লিপ্পি অমগী মমুংদা চংদিদা মী তরা নিপান মরূম শি। হৌজিক্কি ম্রী নিপান মরূমদা মশিরে। গবর্ণমেণ্টনা নিংজিবদি, লৈপাক অসিদগী অনাবা অমমুং মশিবা মতৌ অদুগুম্না হণ্ডহল্লিংই।

---

# ১১। ভত্তানা হোৎনবগী কান্নবা।

৫৪। মপানা মচাবু অফবা লমচৎ তাকপি। তৌইগুম্বমুং মচা অদুনা তাকপিবা অদুগী মতুং ইন্না থবক তৌব্রবদি, তাক্লিবা অদু অরেম্বা ওই। হকচাং মমুং শেংনবগী ঙাকনবগী মরমদসু মতৌ অদুগুম্না হাইনবা য়াই। করি তৌরে হাইরগা, হকচাং শেংবা অমমুং কনবা ওবা মাদু তাকখ্রে। তৌইগুম্বমুং তাকপিব্রবা পুন্নমক অদুনা, লাইরিক অসি পাব্রিবশিং অদুগী করিগুম্বা কান্নবা কান্নদবা হাইবা অদু মখোইনা তাকখিব্রবা পুন্নমক অদু তৌজবা ওবা ওমদবগী মথক্তা লৈ।

বঙ্গ লৈপাক্কী, অচৌবা লবাই খুল অমদা মী য়াম্না থোইদোক্না মরূমনা শিনরমই। মাজিষ্ট্রেট সাহেবনা মখোইনা শিবগী মরম মদু থিগে হাইদুনা চৎলুই। মানা চৎখিবদা মফম অদুদা লৈবা মী ন্নমক অদনা মোংলবা ইচেল লৈত্রবা পুখ্রিগী ইশিং থকনবা অদু রুরে। মাদু উরদুনা মহাকনা ওহা তরাদং তৌহল্লে। ওহা পুন্নমক অদুগী ইশিং অদু য়াম্না থোইদোকনা খ্রুমই। তৌইগুম্বমুং মহাকনা অমুক মফম অদুদা চৎলুবদদি, ওহা পুন্নমক অদুগী ইশিং অদু কনাসু থকনা চানদবা অদু উরুরে। খুলগী মী পুন্নমকনা হান্না থকনরবা ইশিং অদুবুদি ওহা পুন্নমক অদুগী ইশিংনা কৈ হাইবা

অদু মখোইনা যারে। তৌইগুমদুং মখোইনা অবোংপা পাংইরি ইশিং থকপা অসি মখোইগী হৌরবিনি, অমসুং মরম অদুনা মখোইনা ইশিং অদুমক্তা থকই হাইদুনা হাইরে। তৌইগুমদুং অদুগুম্না অসি য়াম্না অপাংবগী থবকনি। অকবা শাচং অমদুং হৌনবী পুরমক অদুমক্তা গুাকপা হোৌনৈ। ফত্তবা মচং অমদুং হৌনবী তৌবা হাইবা অসি থাদোকদবা ওই।

অপাংবা লাইরবা মীশিংবু নাম্না থুনা লৈতদ্রে হাইরবদি, মচিং-ঙৈদদি মখোইদা য়াম্না বানা থোকনৈ। তৌইগুমদুং মতুংদদি মখোইনা নাম্না থুনা লৈরবদি য়াম্না কারে হাইবা অসি থাদোকই। হকচাং মদুং শেংনবা কন্নবা গুাকনবগী মরমদা য়াম্না চোকশিন্দবগী মরম্না নারবদি, মখোই অদু থাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা অরাবা ফংই। মরমদি ইনাকথুনবশিংগুম্না ফমদুনা চানবগী পাঙ্গলদু মখোইগী লৈতে, অমসুং তুদুনা লৈরবদা মখোইগী থবকথনা তৌথিন্নবা মনাইশু মখোইনা থম্বা গুমদে। হকচাং ফগে হাইনা নিংথৌরিবা, মুংশং অশেংবা, ইশিং অরুবা অমসুং হকচাং মচি গুইবা চানবা পোৎ ফংনবগীতা হোৎনৌ। থুবগী মরমদসু খোইজাকনা চোকশিন্না য়েংউ। অবোংপা হাইবা অসিঙা অনাবগী পোকফমনি।

লোইরবা।